# ইজনীংই
# পরেং অমত্তং কবিতাগী

ইমা !

তাইবং শান্তিগী লৈকোম্‌ ংসিদা

কচ্চরি ; পাঙত্রবনা

সাহিত্যগী লৈরাং চারসিনবগুং

লংনবীহুকো ।

শ্রীপুখ্রম কুঞ্জো সিংহ

ইমা !

তাইবং শান্তিগী লৈকোয়্ংসিদা
কচ্চরি ; পাণ্ডব্রবনা
সাহিত্যগী লৈরাং চারসিমত্তং
লৎনবীয়ুকো ।

শৈরেংজবা :—

শ্রীপুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ।

ফোগুজবা :—

শ্রীপুখ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ।

ফোগুনবা ইনশিনবীরকপশিং :—

১। শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ।

২। শ্রীপুখ্রম্বম নিমাই সিংহ।

অহানবা ফোগুবা :—

ইং ১৯৭২, আগষ্ট

মশীং :—

১,০০০



লাইরিক মমল :— লুপা [illegible]

মপু ওইবগী থৌদাং পুম্বা লৌরিবা :— শৈরেংবা।

ফংফম :— লাইরিক য়োনফম অয়াম্বদা।

নম্ফম :—

দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস, ককচিং।

# শৈরেংশিংগী মিংথোল অমস্যুং য়াওফম।

মিংথোল | লামায়
--- | ---

# —ৱাহৈ খরদং—

## শৈরেং খরগী মরমদা

"পামজৈনে ইমা আপত্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো" হায়বা শৈরেং অসি তাং ৫ | ৩ | ৬৯ ইংদা ফমখিবা মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী ৩৩ শুবা অধিবেসন্দা কবি সনমেলন্দা থীখিবনি। সাহিত্যগী ১২ শুবা মশীং ডিসেম্বর ১৯৬৯ ইংগী চেফোংদা ফোঙখিবদগী ঐনা অমুক লৌথোকচবনি। পরিষদনা য়াবীরকপগী থাগৎচৈ। "হে মালংবা পুবীরকউকো সুংশি মপাউখোল" হায়বা শৈরেং অসিনা মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী ১৯৭২ গী ৩৭ শুবা মীফমদা কবি সনমেলন্দা পাথোকচখি। পরিষদনা ফোঙদোকচবদা য়াবীরকই। "কপ্পুনা লেপ্লে ঐগী কবিতা" হায়বা কবিতা অসিদি মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা শীন্দুনা, তাং ২৫ | ৭ | ৬৮ ইংদা ককচিংদা শ্রীশ্রীনরসিংহ ঠাকুরগী মাণ্ডবতা পাঙথোকখিবা সাহিত্য সভাগী কবি সনমেলন্দা পাথোকচখি। "সমাজ সেবা তৌগে" হায়বা কবিতা অসিমনা মণিপুর সাহিত্য মণ্ডল ককচিংনা ফোঙবা "অনৌবা য়েন্নিঙ" হায়বা লাইরিক্তুদা ফোঙখিবা অইবগী কবিতা খরত্তুদগী অমুক হন্না ফোঙদোক্লবগী মাস্থতা পীবিরক্তুনা ফোঙজবনি। মত্থ-গীদমকস্তু মণ্ডল অসিবু থাগৎচৈ। "ৱারীনা ঙমখৈ মাইদবনা হুংলক্লরে ঐদি" হায়বা শৈরেং অসিমনা মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী ৩৬ শুবা মীফমদা কবি সনমেলন্দা পাথোকচখি। পরিষদনা ফোঙ-দোকচবদা য়াবীরকই। মত্থগীদমকস্তু য়াম্না থাগৎচৈ। হায়খিবা শৈরেংশিংসি য়াওনা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবিতা পুম্নমক ১৯৫৬ তগী ১৯৭২ ফাওবদা ইজখিবা অপুনবা শৈরেংশিংদগী খর খনগত্তুনা ফোঙদোকচবনি। মণিপুর সাহিত্য লৈকোন্দা মীনা উবীদবা কাচিন অমদা ওইরবস্তু শাৎহনবীয়।

# মিং থোনবগী মরমদা

অইবনা মিংথোল্লমদাইদা কবিতাময়াম অসি হন্না হন্না য়েংলবদা শৈরেং খর খনগৎলগা থমজৈ। পাকনা ফল তাদে। অহুমকপু কাইনথংদদি "মরূপ শানসি ইচম চম্না" অমসুং "ইজনীংই পরেং অমত্তং কবিতাগী" হায়বসিদা অমুক খনবা হৌরকই। মঙৈদা ছাপা নমলমদাইদা শৈরেং পুন্নমক মুন্না পাবীরবা তুংদা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ ওঝানা "ইজনীংই পরেং অমত্তং কবিতাগী" হায়-বসিনদুম ফরে হায়না তাকপিরকপদগী মহুদা অহুম্মক তাখে।

## থাগৎচবা

মিং থোন্নবগীদমক খনবদা তেংবাংবীরকপা ওঝা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহবু পুনশিগী লমন তোল্লে খঞ্জে। থোইদোক হেন্দোক্লা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমস্তুং মণিপুরী সাহিত্য মণ্ডলবু শৈরেং খন্ন ফোঙদোক্লবা য়াবীরকপগী থাগৎচে। লাইরিক ফোঙদোক্লবা ইনশিনবীরকপা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ অমস্তুং শ্রীপুখ্রম্বম নিমাই সিংহবুস্তু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অরোইবদা দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেসনা য়াম্না রানা লাইরিক অসিগী মওং লেপ্পা ময়েক চাং মান্নবা হোৎনবীবা, প্রুফ রিডিংদা মায়-পুনবা শরূক য়াবীহনা লাইরিক অসি লোইশিনবীনবা কন্না হোৎনবীবগীদমক শিংবা ওয়োইদবা লমন তোঞ্জরবনি। পূন্নমকসি-গীস্তু মথক্তা ঐগী শৈরেং অমমমদং পাবা তাবীখিবা লমজিংবশিংবুস্তু পুনশিগী লমন তোনশিগ্গরে হায়না লৌজরি।

# অরোইবদা

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবদা মণিপুরী টু মণিপুরী এণ্ড ইংলিস ডিকশনারিগী বানান ইপ্পগে হোৎনরজে। অদুবু প্রুফতা য়েংশিনবা য়োদবদগী ওল্লবা খরদি য়াওখোকখে। খুদম ওইনা 'পোৎলম' ইগদবা খর পোৎলুম, 'মপাউ' ইগদবা খর মপাও ইখিবা য়াওখে। অদুগা লামায় ২০ গী পরেং ৩ দা তানমবা হায়বসিনা 'তানবা' অদুগা খোঙগাওনবা হায়রকহুমনা 'খোঙগাওনবা' ওইগদবনি। পূম্নমক তুংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি। অদুমক্তদা লামায় ৪ গী শৈরেংগী মিংথোলদা 'নোবেল' হায়গদবদা মেণ্ডেল হায়খিবা; লামায় ২৩ গী পরেং ১০ দা 'লৈরবা' ইগদবদা লৈরবা ইখিবা অমস্তুং লামায় ২৪ গী পরেং ১১ দা 'ওয়াপ' হায়গদবদা ওয়াক হায়খিবসিদি চেকশিন্দবা হায়রবহু থোকখে। মসিগীদমক ঙাকপিগনি।

অইবা—

---

# নিজরোই ইমা ঐগী করিস্থ।

নিজরোই ইমা ঐগী করিস্থ।
নঙগী নগুণ শকচবা নত্তনা॥

উজৈনে থম্মোইগী মিংনদি
ওমজদে শৈহেকচবা চিনসিনদি।
পীবিষু ইমাও: থৌজালগী স্থর;
হাপচগে মেংলবা থম্মোইগী খোঙ্গেল॥

থোকসনু ঋতু তরুক্কী রাগ,
স্বর্ঘাততা নঙগী নুংশিরবা।
লয়গী অরোইবা তপ্লবা থোঙ্গাংদা
ইঙ্গগে ঐনা তপ্প তপ্প॥

লাকসনু লমলানবা হিরা মুক্তা
শাৎলসনু মীচাপোক সাহিত্য কয়া
ওইহননি নঙগী ফিজোলগী লৈতেং
হেনগনি, মিংচত্তো, ফজবা ইমাগী॥

নিজরোই ইমা ঐগী করিস্থ।
নঙগী নগুণ শকচবা নত্তনা॥

তাং ২৬।৩।৬৯ ইং।

# পামজৈনে ইমা আপক্তি
# লৈত্রবা পোৎলুমদো !

পামজৈনে আপক্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো (ইমা)
পুজগে মায়কৈ থুংনা কোয়না।
নিংথৌরেলসু চৈনবা, মিনাইবুসু নৈহৎপা;
লাইমকসু পেন্নদা—, তাইবং লিচৎসু হঙ্গোয়নবা—
মক্ষম লৈত্তে অচিকপা লমচৎ লৈত্তে অপেনবা।
চৌংদা কারো পুন্নীংনা খোয়রাংক্ষমদা পুখি,
সহরদসু লৈজরো কল্লকপবা নিংদোন পোম—
খুঙ্গংদনা হেন্নমুক, সহরগী পুনশিন্থু পাম—
অরোই অথম নাইত্রবা তান্নকগী সংসারসিদা
পামজৈ— আপক্তি লৈত্রবা পোৎলুমন্থুতা॥

য়েংকী লেংথোংদা পুবদা হুমাং মচুম তারগা
ওইগী লেংজুমদা অমুক থাঙ্গত্থুনা পুজগে!
লেং অনীমক চোকথরগা
কোকথোং অমুক পুন্থুনা সমাজলক্ত চৎচগে!
করিগুম্বদা অব্রাবনা ভমখৈ পম্মেং য়োৎরক্লগনা
থেংনক্লবা মক্ষমন্থদা— ওইরম্ববা তাঙ্গাহ্নদা—
অন্থুমক্তদা : মন্থুদা :—
থম্নঘদা কনানসু, খুনবীদবা পোৎলুমদো—
অন্থুগুম্বা পোৎলুমদো পামজৈ ঐনা,
পামজৈনে, পামজৈনে ( ইমা )
পামজৈনে আপক্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো॥

ঐগী কান্নবা খন্দবা, ঐগী শেন্দোং তান্দবা
কল্লক-য়েংথি-অপাম্বা, মিহৌবস্থ পোক্তুবা,
তাইবং পুনশি মিংয়েংদদি—
ইচম চম্ন অতুম্মক,
য়েংবতদা নুংঙাইবা অবা মায়থোং কোন্নবা
পোৎলুম অতু পুজগে ! পামজৈনে !
আপত্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো॥

ঐনা শকপা শৈশকী মরোলত্তুদি খঙদবা
ঐনা থাগৎলুবদা মখোয়নস্থ চাউথোক্কবা ;
ঐনা চৈরমক্ত মখোয়নদি শাউদবা
ঐনা থীনা হায়রগা, মখোয়নত্তুম হন্নাওবা,
ঐগী পোৎলুমত্ত উবদা—
ঐগী দোষ পুম্নমক মিংকুপ্তুদা কাউনবা
অত্তুগুম্বা পোৎলুমদো মিংকুপ খুদিং পুজবা
পামজৈ আপত্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো॥

তম্পাকথকী পান্নী-মমোম্মক্তগী
চন্না নোংদম তমঙমত্রবা, অত্তুগা,
কোটি কোটি মরক্তা
মিকপ-নাহেখোন্না খোঞ্জেলমক্ত শিথথুবা
নৈহৎপীন্নবা—
মশীং থিঙমত্রবা মখোয়ত্তুগী মরক্ত
তোল্লবশিংত্তুগীদমক্তা—
পুত্তুনা চৎচগে ঐগী পোৎলুমদো
খোরাংজৈ থম্মোইনা, পামজৈনা পুক্নীংনা, পামজৈনে
আপত্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো॥

শোয়নি তোয়না খন্ন-লংজিন ওইননি
অরু-অথেন ব্রাখলগী থৌওইত্রবা তাপ্পাহৃদা।
লাকনি তোয়না, য়েংবা তত্তনা ঐগী পোৎলুম
করিগুম্বদা হংগনি ঐঙোন্দা—
"করিনো অসুক য়াম্বা ময়ামসিদে, করি করিনো?"
ফংলোই পাউথুম অশেংবা।
অহুদগী অমুক ঙক্কনি; ময়ুমদা অমুক হন্নখিনি।
স্বর ফ্ইনা হোন্দোক্লহুনা, ময়ুমদদি
পোথাগেতা নীংলকপদা
"ওসাই পোৎলুমদো" হেক নীংশিংলকপদা—
পূক্নীং শান্তি ফংননি।
অহুগুম্বা পোৎলমদো, আপত্তি লৈত্রবা
পামজেনে ঐনা, পামজেনে পুক্রবা, খঙ্গেনে ব্রাখন্না
আপত্তি লৈত্রবা পোৎলুমদো॥

তাং ২৫।২।৬৯ ইং।

---

# পিস নোবেল প্রাইজ।

শিনরবরা?
শিনরে। য়াম্না শিনরে।
ব্রানরবরা?
ব্রানরে। ময়া হা হা কানা ব্রানরে।
শীন্থরবরা পিরাং?

চহুম চহুমনি ; খমথেংনা, ঋারবগী পিনি।
হাৎনরবরা ?
হাৎনরে। মীনা মীবু হাৎনরে।
নোঙ্কে হরাও-হরাও শিরবা হকচাংশিংদু উরগা।
থিনরবরা খাম্বীনবা ?
থিনরে। খাদা-ঋাংদা ; নোংপোক্তা, নোংচুপ্তা,
হেন্দোক্লুনা পৃথিবীদগী
চত্লুনা অতৈ গ্রহ-উপগ্রহদা
হিংনবনি, মী হাৎনীংদনবনি, থিবা হোৎনরি।
ফংলবরা ? ফংলবরা উপাই ?
ফংদে উপাই।
চেনশিন্নে মথন, মথন !
হাত্তোকনৈ হেন্নচুম !
নঙনা উপাই অমত্তং তোদনা
তৌরবনি ঐশু খাম্লুরবনি।
হাত্তবা য়াদ য়াত্রগসু
মশাং হন্থো হায়রুরবনিনে।
হন্থরবরনে ?
হন্থদেনে ! হায়র হায়র হেল্লি অঙ্কদদি।
মীগী ঈচুদা
মীগী শাদোংচুদা
ঋারবা মুর্ত্তিচুদা নত্তে ঋাবীবা, মখোয়না।
শিবগী মশাং থীবদা, মথং মথং,
মথং মথং খবরগী পাউজেলদা
খ্বাইদগী চাউবা লানফম,
লানফম খ্বাইদগী চাউরবা ;

মীশি, খ্বাইদগী য়াম্বা,
খ্বাইদগী য়াম্বা মীশি ;
লানফম খ্বাইদগী কুইরবা,
খ্বাইদগী কুইরবা লানফম—
অহুদনি মুংঙাইনরিবা !
ইউ, এনদি করি হায়রি?
হায়দেনা করিস্থ ইউ, এন, দি।
"ময়াম লিংজেল মাম্নসি"
অসিদনি ইউ, এন, দি।
লানগী বাদি খঙদেনা।
য়ানদবনিনা।
'অহুদি, "ইথিবা ব্রাগী অর্থ হন্নখিনি
ব্রাহৈগী অর্থ য়াম্মীনা।" অসিনি।
খম্মোই, খম্মোই, হে খম্মোই খম্মোইহুননিদনা।
কনা কনানো?
হাৎনীংদবা !
মী হাৎনীংদবা ! মী শিহন্নীংদবা
মঙোন্দগী, নঙোন্দগী, ঐঙোন্দগী
খ্বাইদগী হেন্না মী হাৎনীংদবা, মী শিহন্নীংদবা?
"অহুদি মানিদনা।"
পিয়ুদনা মঙোন্দা
নোবেল পিস প্রাইজ!
পৃথি শান্তি ওইজনি;
হাৎকে মখৈ হাৎচসনু, শিগে মখৈ শিজসনু।
মনাহুবু পিরবদি, মনাহুবু পিরবদি
শিগে মখৈ শিজসনু—

হাংকে মখৈ হাংচসমু—
মনাহুবু পিরবদি—
"পিস নোবেল প্রাইজ।"

তাং ২১ | ৫ | ৭২ ইং।

---

# হে মালংবা পুবীরকউকো নুংশি মপাওখোল

হে মলাংবা পুবীরকউকো নওনা—
নুংশি মপাওখোল—
পিরাংগা লোয়নরবা ;
নত্রগা, ব্বারবা খোঙ্গেলগা ঈরোয়নরবা ;
তেংথা নাওইগী—
অতৎ-অথম লৈত্রবা নাহেখোলশিংহু।
তাহনবীয়ুকো নওনা ঐবু
লোম্না-লোম্না নাপচিক্লা—,
হৈফাত্রবা নাব্রাশিংনা
শুঙ্কাংলবা খোঙ্গেলদা
খোস্থাংদি ব্বাংলপনা—
তান য়াউত্রবা শুরদা
নুংশিরনিসু থন্দনা শকলিবা।

তাহনবীনু ঐঙোন্দা অয়োইবা নুরদা
নাপন্না থুম্মৎলবা ঈশৈগী সত্রাতনা
ময়াইকানা শকলিবা হাইনা-হুমনা।
তাহনবীয়ুকো!
নুংশিরবা মচানা হিরা-মণি-মুক্তা নত্তবা
ইরায় লায়বা, লৌবুকী কাউথুম পুখিবগী
খারীত্থ— নত্রগা ;
মপুবোকনা চৈবীবগী
হৈজামপেৎ চাথোকখিবগী
অরাই-অথুম চিন্দান পাউত্থ পুবীরকউ।
পুবীরকউকো শোয়দনা হে মাজংবা!
মমুমগী নুংশিরবী লোয়নবীগী
চান্ন-নুংশি থমজবীগী
লাইরবীদি নোংমই মপুক থঙ্গত্রবীত্থগী
পারী' খোল্লাং ঈহৌমক্ত য়ৌত্রবীত্থগীদমক, মশানৌগীদমক
পাত্তগী থরো থম্বাল হেকলক্তুনা
পুবীরকপদো মথংলেন্না— ; অত্থগা,
চেংহি ঈরূ মনমলক্ত থেৎপীবগী খারীত্থ
তাহনবীয়ুকো হে মাজংবা
অত্থগা ও: মালংবা—
হে মালংবা! লাইরবীগী খাংপোকশং,
লাইরবীগী খাংপোকশং,
কল্লিগী হুমদোকলুই নওনা
শাউরক্তরা পাংত্রবী ?
লমগী চেক্লাদি ঙানুথঙ্গোং, তান্নাগী
মচা পিশক নাওশুফম— কল্লিগী থেংলুই নওনা ?

লৈকোলগী লৈরাং কোঙ্গাইদু
লৈমনচনব ঙাইগুমদা
লৈমায়থক্তা— করিগী হুমথরুরি মালংবা ?
পাৎয়া শাৎপী ওইনচাউবী—
ইকাইথিবী মহাকপু,
করিগীনো মালংবা, তুমিন নঙনা ইল্লুরিবা
লোংথ্রাই খোনবী চন্নুরা
কোয়না চৎপী মুক্তাদি,
ফনেক্লা খোয়দোম শেৎলিবী
কুম্লংনা নাদ চিল্লিবীগী
মায়য়োক্লনা করিগী নঙনা চৈথেং পীরুরি ?
তম্বীরমখো ঐভোন্দা, তাজহৌগে বারীদু।
ঈশিংস্থু ঈগুম চেল্লবা ;
মালংস্থু মৈগুম শিৎলবা,
ভুম্নংস্থু প্রলয়গুম ঈহৌরবা,
তাইবং পুনশিগীদি ওইথোক্ত্রবা :
মফমত্থগী পাউখোল্লোয় ওইবীয়ুকো নঙনা—
তাজগেনে ঐতদি লাকপীয়ুকো নাক্ত।
তাজগেনে ঐতদি লাকপীয়ুকো নাক্ত।
হিমালয়গী মথক্তা, নত্রগনা
আল্লসকী, উরলগী মথক্তা করিগুম্বদা
উনগী মথক্তা য়াহিপ তানগ্রবা
থৌনা ফবা মখোয়গী
বিধিনা তমখ্রবা-সমাধিদু কল্লকইকো হে থংগোনবা !
তাইবং জীবনা শোক্ত্রবা
মন্ত্র-যন্ত্র অত্থগা হোম-যপ চংত্রবা

শেংদই শেংলবা পুনশি মপোক কংলবা
লাইবক ফবগী ব্বারীশীংবুমশিংদু
তম্বীয়ুকো হে মালংবা !
উনগী ফমুং মথক্তা
সনাগী তাংবলগুম থন্দুনা
হয়াও মীনোক নোকলিবা
উনগী লিক্লাং পরেংনা
স্বর্গগী লৈরাং পারিজাৎকুম শিরিবা—
মখোয়গী পুনশি ব্বারীদো ইবীরকউকো হে মালংবা,
পুবীরকউনে, শোয়দনা লোয়নবীরকউনে।
হে মালংবা নওনা খোঙদোয়রকপদা—
মায়াগী লাংনা কুপ্লনা
থোং থোংনাও লোন্দুনা তুম্লবস্থ ঐনা
লিত্তুনা চংবীরকউ শন্দংখাহুদা ঐগী হোরবা ;
হৌদোকপীরকউ ব্বারীদু শাউগল্লবী ভারত মহাসাগরগী।
মথং মথং তাহনবীয়ু।
শংলবা লৌবুক্তা, লেপত্রবা নোংলক্ত
অহিং মিৎশেং থাওহুনা
নোংঙানবদু ঙাইওমদ
লৌমীনা, চৎখিবদু য়েমপাক তুপ্তুনা !
লিবীরমউ ঐঙোন্দা। তম্বীরম্মু ঐঙোন্দা।
হে মালংবা হায়বীয়ু হায়বীয়ু।
কয়া য়ামনা শাওবগে, ব্বাবগে নওনা
নিউক্লিয়ার থুংলাই চাংয়েংখিবদু
নক্লবা মালং লৈকোন্দা, থংনপাম্বা মখোয়না।
থওনীংই ঐস্থু, থেম্বা য়াউনীংই ঐস্থু

থম্মোই পাগ্রবা মখোয়বু— লাখ লাখ হুয়া
উদমাল্লে মখোয়সি কর্ম্মফল
তম্বীয়ু মখোয়দা ঐগী থম্মোই পাওথুমস্সু !
করম্মা পূংফমদা শাৎলুহুনা
প্রশান্ত মহাসাগরগী য়ুবী মরূনা— শোয়খিহুনা
উত্তর মেরুদা তাওখিহুনা
মউ লিংদনা মাঙখ্রবা— অহুগা
মাবু নঙনা করিগী খঙদনা লম্বী তাক্লুবা—
অহুমন্তংগা ভাকপীরমউ।
শান্তিগী লম্বীদা থাগৎলিবা
য়ুমগী খুন্নু অঙোবা
তাহৌদে ঐনা, করি হায়খি, থাদোকপদা মানা,
সলামি নোংমৈ মখোন্দা কিখিবরা মহাকপু ?
মশা খংখপ থপখিবহু, করি ঈঙ্গিত তৌরিবা, মালংবা ?
শাবীরমউ য়ারীহুমস্সু
তাজনীংইনে।
ঙাইজগেকো মহুগীদমক পুনশিসিমা।
হে মালংবা য়ারী অনীতনি নঙনা পুরীবা
অহুমশুদে মথল ;
অহুবু ঐগীদি অমত্তা, অমহুত্তা।
খঙদে লোয়বা নাইরক্রা ?
মহুস্সু খঙদে ঐদি ভাবগী পেনবা
নাইরক্রা করিগুম্বদা ?
অহুবু হে মালংবা পুরকউকো নঙনা
পিরাংগা লোয়নরবা তেংথাখোলশিংহু য়ারবা।
লোয়ননা লিরমউ মালংবা

লোৎকনুকো ঐঙোন্দা নঙগী নরাল লৈরবস্লু !
ষারবা থম্মোইদগী থোরকপা
তনিক খোঙ্গেল-য়াওনবা ষারী শীংবুম ময়ামদো
'মত্ত চিথ য়াদেকো।
লিবীরমউ ঐঙোন্দা হে মালংবা
মুংশি মপাওশিংদু মখোয়গী॥

তাং ১৬ | ৬ | ৭০ ইং।

---

# মঙলান।

ফোঙদোকঙমদ্রবা ঐগী ষাখলদু
ইরায় লায়না ফোঙদোকলুই ঙসিদি—
চান্নথোইবীগী ঙকশমদুদা—
শিবিরুই তুমিন্না চরিক পরেংদু।
সনা মচুগী নুংলক্ত হিরা মুক্তাই লৈকোন্দা—
মতম কয়াদগী ওমচান্না লাক্লবদি মুংওন পাউ
থম্মোই পাউখোলদুবু পুত্না ইরায় লায়না পাউদমলুই।
ঐগী মঙলান নহাকপু, নোংঙানখিন্নু ঙসিদি,
মিৎকপথিন্নু থুনমক।
তাইবং পুনশিদি তেল্লবা মিৎকপ থোক্লা লৈনীংদ্রে—
লোয়নাইদ্রবা নহাক্কী মঙগী মঙলান্দ তাউদুনা
ঐগী পুনশি লেলহনবীয়ু।

মিংকী পাঙ্গল খাংমদা উঙমদনা লৈথ্রবা—
কেনবা অমুক নাইত্রবা হৈরাং লৈরাং পূম্বহ্
উজ্জৈ ঐনা মঙলান্দ
তাইবং চিরোলনা থা-ঙমত্রবা
স্বর্গগী লৈকোন্দুদা ঐনা
নিঙাইদনা পোত্থারুই।
মচিন মনাও খংনবা
লানগী লম্পাক্তা মৈহৌবা
জাতি-বিজাতি মুরুবা
ধর্ম্ম-অধর্ম্ম য়েংনবা, অশান্তিগী মৈরীহ্
ইয়ায় লায়না মুথ্থংলি।
মুংথিল চুপ্পা খাথিবা, চন্না অমই থুংঙমনগীদমক
—ফংলে ঐনা হৌজিক্তি
পুনশি চামরক কোম্নবা
লনগী মপৈ মপৈহ্; অরাং অপা
লৈথিত্রবা—
মঙলান পুনশি নঙোন্দগী!
মীনাই পুনশি ওইহুনা, ঐনা খানা লেম্লকপা
নোংমই মুমিং অমত্তং
ইনীং তম্না—
শেংপা, চাবা, থকপা, ইফংমক্ত ফংদবা
খুশিতৌনা, শুবা নোম্বা ঙমদবা
ইচা মুংশি হায়স্থ চুপঙমদা
ইশু পোনীংইস্থ খল্লুই পোঙমদা
পুনশি পোম্বা থাহুনা
তাইবং শংসিদা য়োংহ্লিং থাংহুনা—

"কোক্লকবা মসিবু কদৌঙৈ—" থক্লকপত্থু ঐনা
মঙলান নঙগী পুনশিন্নদি

কোয়না থিক্ল ফংত্রবা, শগোল মঙানা চিংলবা
কাংখোং তরা পাল্লবা, লৈতেংলবা দোলাইদা
তোংলে ঙসি ঐনা— হিরা-মুক্তা সনা-ফিগে
লৈতেংগা, পেরে-শিঙ্গাগা লোয়ননা।
মীওং মীনৈ য়াওত্রবা, ঐগী নিংথৌ ইনিংথৌ—
ঐগী মীনাই ইরা চা, সনা অংবন থক্ত কম
ঐনা ইশুপ শুপ্লবু চাউরে ইনীং ত্তম্লবু ;
লোয়না পুংকোক কোকখরে।
হে মঙলান নহাকপু মিংকপখিনু ইনুংঙান!
নিংথিরবা কাব্যগী কলমত্থু
মীওই মপোকনা ফংঙ্ত্রবা
ইরুই ঐগী ইখুৎনা,
মীওই মপোক্লা ফংদ্রিবা
তাইবং জীবনা থোকঙমত্রবা
খোঞ্জেলগী ঈথক ঈপোমত্থু
তাক্লই ঐনা মঙলান্দুদা।
জ্ঞানযোগীমকনা ফংঙমত্রবা
তাংলবা রসকী ব্লারেংশিং
শক্লুই ঐগী ঈশৈদা—
শ্রুতিগী অহৌবদগী অরোইবত্থু ফাওবা!
মঙফাউনরবা কনানসু তাবা ঙমলোই ঈশৈত্থু
ইন্দ্রিপুষ্বা মত্থুদা
থরাই মিরেলস্থু মত্থুদা
লোয়না পুমস্লুপ লৃপখিনি।

পুনশি মৈরাস্থ, খমখিচ্না খুদক্তা
মঙলান্দুদা তিনখিনি।
পুনশি হিরেন হোল্লকপদা—
চিঙ্খহৌবা পূম্নমক নীংশিং নীংশিং মিৎকুপ্তা
লোয়না উরে নিংথিনা
মাংদা লোয়না থেল্লরে—
অসিদনি ঐহাকনা নওবু অমুক নৌহৌনা
থানীংব্রিবা মঙলানও : !
মতমগী কাংশি য়ৈদে
অরেপ্পা ফম্বাক মাইদে
হৌজিক্তগী দলানশিং
শিল্লি রাখলগী সমুত্রনা
মফমত্থমক্তগী অমুকস্থ
পুথরকই লাইয়ামশিং লাইগী জগোয়শাবীশিং
নিংথি জগোয় শাহল্লি ;
অরেম্বনি কান্নব্রে ঐনা হেক্তা খল্লবা
অমৃত ঈরম তরেৎনা ঐগী নাক্ত পৈররে।
মফম, মতম, তাঞ্জা—
খুরৌ চেনবা য়ৈখায়বা, পূম্নমক্ত লোয়না
মিৎকুপ্তগী মনুংদা, জয়বু তৌরে নহাকনা।
অসিননি মঙলানও :
মিৎকপ্লদ্ব হম্ন'মুক
হম্না হম্না হায়রিবা!
কোরৌ মঙানমুক শাবগা
থাজগী মঙানমুক ঈংবগা
মপুগী পুন্নীং ফানবা

থরানমিচাক ময়ামগা
পূম্না থোকই ঐগীদি
মপু মাগী থুংশেম্মকনা
বাংলি ঐগী মংলান্দগী।
উচেক য়ান্না মখৈনা সনাই মচুলক্তুদা
মণিনা কুংনা হংলিবা;
মপুক ফবা য়ুমশানা লুপামহি মরক্তা
হীরা থাম্বা উরিবা ;
বন্দা লৈবা শজিনা
মুক্তা পরেং শিন্নিবা—
নীংতম্নবা খোঙ্গেল-লক্ত পূম্না ইরোয়-লোয়নবা ;
অসুম উহনা লৈখিগে—
থোকলকখিম্নু মিংকপ নঙ
ঐগী মঙলান'সিদগী।
প্রজা কোটি কোটিন্থ বাকংলুবা নাইনদে
হায়নীংবনা কোলহৌই অনীঙ খুদিং পীঙমই ;
হে মঙলান নহাকসিবু
কদায়দগী হৌরকপনো ?
লাক্লবর্দি হনব্রসম্নু
মিংকপ অমুক থোক্লম্নু !
'মীহিংচাবা হিংচাবগা
ধর্ম্মই মপু ঋষিশিংগা
জ্ঞানগী মপু কবিশিংগা
তাইবং মপু মহাককা
পূম্না হরাও নোকমিন্নে।
অসুম্নবা মঙলানবু

ঐনা ভাইহাক উরগা
করম্নদি থাগনি, চৎনখ্রুকো মণ্ডলান ও:!
মণ্ডলান নঙগী পুনশিদি
রাজনীতিনা নৈহৎপীরবশিংগীনি
অর্থনীতিস্মু লৈখাতারবশিংগীনি
সাহিত্যস্মু চিরোল য়াউত্রবশিংহুগীনি
অহুগা, মালেম পৃথিস্মু তাইবং পুম্বগীনি
কল্লক-য়েংথি-খৎন-মীহোস্মু, য়াউত্রবনি মফমসি;
শান্তিগী শৈহৌদগী হয়াও মোমোন মীনোকতা
পলেম মানা নোকচরি—
উখিগে, য়েংখিগে অস্নম্মক—
মিৎকপখিনু মণ্ডলান ও: থম্বীয়ুনে; লেংদনা
থম্বীয়ু লেংদনা, মণ্ডলান নঙগী ফৈরাদা॥

তাং ২৯।১০।৭০ ইং



# ভৈথোকহৌগে পিরাংদু।

ঐগী থশোই ঈহৌদা
বিশ্ব প্রেমী ওইবগী ।।
নোম্বা ঙমই ইমুংগী ;
ঙমদে য়ৌবা পাউজেলসি,
পৃথি লৈকোয় ফনবা ॥
শান্তি ঈরা ঈরুথোক ;
কৈরোয় মপাও তাদ্রিঙৈ,
নমথৈ ঐবু ঐ' ঋানা ॥
পাত্র-ফত্ত মখুম কুপ ;
করে ! য়াত্র কৌনিনা,
কৌরগেকো তোল্লশিংসু ॥
অশোল-অনা-লাইরবা ;
পূকচেল তিংনা কিজরুই,
থৌ লৈত ফমেন ফম ॥
অন্না-অনং শীম্বরক ;
অসিতনি লীংজবা,
মীচৈ কয়াই মরক্তা
ইজনীংই ঈরিক-'মত্তং ;

ইনীংই ঈরিক 'মত্তং ;
খনবা ঙমই ঐতগী—,
ইচাই, ঐগী লোয়নবীগী ।।
লৈকায় মাচাই কান্নবা ;
অয়ুক মিৎকপ থোকপদা,
য়াইফ শৈশক হোৎনরুই ॥
থুঙ্গং লৈপুং য়ৌদ্রিঙৈ,
লৌশিং কৌবী লাইরেম্বী,
ঐগী ঐগী শোলহল্লি ॥
তাইবং মচা ঐগী ওই ;
য়াউরসন্থু লোয়নমক,
পিদোল্লবা পুম্বসু ॥
করিগুম্বা তারুদ্রা ;
মীরোল মীরোল হৌরকপই,
ভৈথোকউবা পিরাংদু ॥
পাংজদ্রবা ঐহাকনা ;
"ঐগী থশোই ঈহৌদা,
বিশ্ব প্রেমী ওইবগী ॥"

তাং ১১ | ২ | ৭০ ইং

# কপ্পুনা লেল্লে ঐগী কবিতা।

পোমশাংনবী লৈরাং কয়া, শাংখ্রে লৈকা ফম্না।
কুমগী হৈরাং কয়াস্থু, হৈগী হৈজীং ফাখরে।
বসন্তগী য়েন্নিঙস্থু ঋতু খোঙলোয়না হল্লে,
শরত, পূর্ণিমা থাজস্থু, ঈথক-ঈপোম হোরে।
ওস্তোকপনি! সুংঙাই ঈপোম পুনশি শৈশক কয়া
অকাউবগী ঈরৈদা লুপখরে। অদুমক্তু—
"কপ্পুনা লেল্লে ঐগী কবিতা" থাঙগুথক্তু॥

পূণ্যাই কৈথেল কয়াদা লূকমাই থানা য়োল্লিবা,
কবি পুনশি লৌরিবা, প্রকৃতিগী শায়োনবা,
কবিতাদি কয়াসে, তরেংকী শেঙ্গা ওক্ক,
শেঙ্গাও থম্না হাপ্পুনা, সাহিত্য-সঙ্ঘ-য়াইদা,
তোয়না তোয়না তিল্লিবা, হরাও মথোয় কারিবা,
কয়াই মতিক লেমজবা। অসি য়োর ফাউবদা,
অৱাবনি, "কপ্পুনা লেল্লে ঐগী কবিতা।"

ঐগী থম্মোই কুঞ্জদা, থুপ্প পূক্নীং লাইয়ুমদা,
তত্ত-তোয়না খোংলকখি— "পিরো ঐস্থু চংলগে;
থাদোকলো য়োহ্লিং—, সাহিত্য লৈকোন্দ তিল্লুগে!"
"—ফরে, ফরে, কবিতা! ৱারৌগনু নহাকস্থু,
থাদোক্ল'নি লম্বীসে— 'ঙোবা চেবাং থকসিদা,
খোর্জেক্ত্র মানা লমজিং ওই, চংলো চংলো কবিতা,
পাংত্র' ঐবু হন্দোকলম, কবি য়াইপুংদা তিল্লরো।"

করি উপাই লৈরিবা? কোরৌ শীংবুম থীঙমদা,
চহি কুমশীং কয়ানো, কনানস্থ উবিদা,
লৈকায়-মীমোক তান্নবা, তাইবং খোঙগাওনবা,
নংসি ঐগী থম্মোইগুং' য়োক্লুরেকো কবিতা।
—অতুগনে কবিতা! নঙ-ঐ কায়নরমগ্রবা
তাইবঙ কৈথেল থোক্তনা, নঙনা লেঙদ লৈরমওই
হায়য়্‌তাসি কবিতা কয়াই মতিক ফরম'বা?

হনশি কদায়, চৎশি করম, খ্রাই নঙস্থ কবিতা,
ঐশুনে তারে, নোংদোন তম্ন শিংপা তিনসিনা,
ঐগী ইমায়থকসিদা; নৌহো নৌহো পাউথোকলে।
বিশ্ব কবি কয়ানা— শকথীবনা তিংগোই চিন'
উরুরগা, ফজবা কাংবুমথৈ অতুনা
শিঙেঙল লৈরাং লোথোক্ল "ওম্মোকইদা!" য়েংনগুম
মুরুম মুরুম শোম্ননা, ভাংনরিনি ঐবুস্থ॥

তাং ২৯।৮।৬৭ ইং

# নঙদি মায়থৌরবনি হিহোনবা !

নঙদি মায়থৌরবনি 'হিহোনবা
লৈই মশীং থঙদে নঙদি
কদাই চৎকদগে ? 'পূন্নীং লৈপ্তে নঙনা
কম্না হায়বনা চুমলিবোই, থম্লি 'নঙনা হিহোনবা !
থন্দ্রে নঙনা পুথোক্লবা,'
পূন্নীং ওপরেসন তৌনবা 'খুৎলাই ।
শাগৎলি নঙনা হিংসাগী অন্দোলন ।
চরাম্নরবা— মচা থাম্লবা
অতৎপা লৈতনা নূংফান্দা
থাঙ্গোল লোংখুম য়ৈবহু
পোথাখিদোরে হৌজিক্তি ।
মীনাই ওইর চন্না থাক
য়ৈরি মচিন ক্রোসবোগী—
হু পুরবা মীহাৎপগী ।
শীস্থরি হুমাং মরিক মরিক
পুনশি তংখাই হৌখ্রবদা ।।
অদুদ : নঙদি কাউরে হিহৌনবা
পূন্নীং ঈথক ফানবা
সভ্যতাগী শক্তি পুরিবা
থুৎলাইদু তুমিন্না

ঋষিগী থম্মোইদা লৈরিবা!
মঙাম্নুনা য়েৎবদা,
মঙগী বিজা মাঙনবি,
— কাউরে নঙগী বিজাদা
নঙনা চিল্লি অরেম্বদা, নোঁম্বদা লেপ্পুনা
কলগী পোখাবা লৈতনা;
অশি মীকোক থীবগা, চিত্রোন চিঠি ইকগা
তাইহাক শংদে নঙগীদি।
হে মায়থীরবা হিত্রহানবা
হল্লেং নঙনা থঙলকপা
লাল্লে হাক্লবা উবদা
চুমথোকপদি নংথোমা,
চারুকনি শোয়দনা,
নীঙঙমদবা মৈচাকনা।

তাং ১৫ | ১০ | ৭০ ইং

---

# য়াচংলকপদা ওাইন্নদুগে

# লুংশিবা।

কৈদনো ঐবু পুরিবা
লমথুংকমসু নাইদবা
হল্লকদরা অমুক হন্না?
অহিং ইচিক হল্লক্লে,
মীচিক মীরাওখোন তাশিন্দরে
মায়গৈ পূম্বা মমখরে।
মক্তবা "লুংশিবা" নওবু
লৈরবা মফমদুদা থম্বুনা
লাপ্পা সমাজ মৈশালক্তগী?
য়াকচীং উনলেন খানাতা
অৎ-অৎ ঈংনা মিৎশেংখাং
তুরি উথোং য়াখোংদা।
অকিবা খোঙ্গেলনা খোংঅমলে,
থাকৃনা থাকৃনা লাউয়কলে,
মচু মচুনা লৈতেংখ্রে।
কৈদনো ঐবু পুরিবা
মথংলেন কায়নবা সাবিত্রীগুম
মথক্কী লৈবাক্তা পুরবা?
এঃ, ব্রহ্মপুত্র নওদি লুংশিবী
ধর্ম্ম-আধর্ম্ম নাইদনা
ঈচেল থুনা চেল্লিরোই।

ও: মতমগী সমুদ্র ঈয়াইসিদা
মীশা রাশি খোঙ্গ্রলনা—,
মায়গৈ শীন্না-খোংলক্লে।

লমদম অসি উদরি
হরিগী কোলোয় শকুনা
পোত্থারি ঈংনা ঋষিশিংনা—।

লাই কোটি লীশীংগা
হিংচাবা কোটি লীশিংগা
সমুদ্র মন্থন তৌখিবা।

কদায় কুম্ভগী চক্মচেৎ
আযোধ্যা, প্রয়াক, বেনারস
ঈস: পুরীং হুনা নিংথিজে॥

তাইবং ঈপাকী নুংজেংনা
মায়গৈ শীন্ন শনথরে
খুনশিন্না, হংশিন্না, কৈদনো?

কৈদনো? নঙবু খুমচা
পিরাংগা লোয়ননা, হঙজবা
মুঙশি পাওখুম পিরক্লোইত্রা?

ওস্থোকপনি, মাংদা লৈরে
গঙ্গা-যমুনা পূল্লিবা
ত্রিবেনী সঙ্গম নিংথিকী!

হায়নৈ বিশ্ব জগৎনা
প্রেমগী ঈথৌ লাংলবা
কোকনি মিলনশি ফংলগা॥

নীংবা কায়রে দুংশিবী
ঈরাউখোল্দু তারগা
ব্রজ তাবগুম থোক্লরে।

নঙতবু থিরুবা ঐনা
লৈরমদবা উবদা পামুবী
নীংবা কায়না কায়ক্লে।

তোর্ব্বাল্দুনা নেম্লবস্থু
থম্মোই মৈচাক ফংবনা
হুম্না হুম্না নাম্বরে॥

অমুকস্থু উরে দুংশিবী
শকহেনবী তাজ মহাক্তী
শাক্ষি তাজমহলদি নিংথিবী।

চায়বী মমতাজ বেগমনা
দুংশি পাউমেল্লম্বত্তুদি
তাখিনি জগৎ শীম্না।

হরাও মোমোন মিনোক্তা
নাপচিল্লা পাউদমনীংবা
কৈদনো? নঙদি পামুবী?

থাজনা ঈপোম হৌরকপদা
মালংনা লিরি হুয়্নকপদা
থরোস্থু ফুগাইনা শাৎলকপদা

মিৎলু ঈরা শীম্বনা
থম্মোই তনিক তনিল্লা
শাহ-তাজ পাউমেল্লরি।

ফোঙদোকশিগে কনাদা
চান্নথোইবী নহাকতি
ঐগী নাক্ত লৈরমজে।

হিংচা-য়াইতম্বা কয়ানা
তাইবং থক-খা ওনখ্রবস্তু
লৈহৌই হায়নৈ নঙতদি ;

হিনাও শাবা য়াউদবশিংবু্স্তু
লমথুংক্ষম তানা পুশিনবী
কৈদনো শকখঙদবা নঙবু ?

অনস্থয়া, থোইবী, সীতা,
কুন্তি, দ্রৌপদী, অর্জুনা,
সতি ওইবী মখোয়নি।

হায়নৈ তাইবং মীপোক্লদি
বিশ্ব প্রেমতনা অথোইবনি
নঙগী নাক্ত লৈবনি।

কোকিল চেক্লাস্থু খোংদরে,
তান্না খোঞ্জেলস্থু তাদরে,
অচিকপদা ওন্না তিনখরে।

অমুক, মৈখু্ ৱাংনা কারক্লে ;
মীয়াউখোম্না থ্ন্ধংলে ;
অকিবা ঈপোম হৌরকলে।

লৌনম নমথাকনা থনখরে ;
ফুরা-দলান্না শনখরে ;
অচৌ অপিক থায়খরে।

কল্লক য়েংশীনা থল্লবা
মালং ঈপোম-লকসিদা
লংজা ফাকনা শীনখরে।

পুক্নীং তুজুং লকসিদা
থেমজিনবীয়ু নগুনা ঐবু
কৈদনো নগুবু সুংশিবী।

অৱাবা উরগা গুরাংতা,
অতোনবা উরগা গুসিস্ন,
খাকনা নোকপা মখোয়নি।

মাংগী মন্দির 'সুংসিদদি
ভক্তি কৎলে মখোয়স্ন
ফত্ত-পুকচেল লোত্তুনা।

মথল মথেল লৈরাংনি
দক্ষিনাত্যদা লৈশাৎ তমছৌই—
আর্য্যবর্ত্তদা ফুগায়না শাৎলে।

অমনা স্বর্গগী জগোইনি;
এঃ ভারত-নাত্যম, কথকলি—
শুক্সাংথে নিংথিবা থুৎথেক্না।

খগুহৌদনা থোরক্লে শক্তিক থাবা
উরে মাংদা খোংজোমনুবী;
শীনখে থৱানমিচাক কোটিনা।

হুমাং ঈরিক কারল্বা
চোকথবনা পুক্নীং তয়াংলম্বা
মিকুপ্তা শান্তি ফংলে।

চান্নখোইবী ইতারোই
কৈদা লৈহৌরে হায়রো—
নীংশিংলে নঙবু অচিকপাসিদা।

য়েংউ-য়েংউ চান্নবী—
মাংদা উরে চৎলিসে—
মখুত্তো চৈস্নু পায়রুনা।

হাংলি ঝুলি তত্তনা—
মিৎকী পিরাংগা লোয়ননা
নিজরি ভিক্ষা হাপ্পিন্নু।

তাইবং মীনোক খোঙ্গাওনবসে
চান্নবী নঙস্নু উরমগনি
ঐগী নাক্ত লৈমিন্নরম্লবদি।

*    *    *

নীংশিংউ অমর জ্যোতি;
লমদম তাম্না উহৌবা;
কাউগনু মুত্রি শকহেনবা!

পোখাইসনু এতোমবোম
হৌরকসনু কল্লক য়েংথি
মায়থীগনি প্রেমগী জগত্তা।

সেবাগ্রামদা উদবরা?
শান্তিনিকেতন্দা তাদবরা?
লৈবনি ঐদি লেংদনা।

অতৎপা লৈতনা শীম্বরি,
মিৎকী পীগী মরীক্লা—
নওগা কায়ননীংদনা।
রেংলি ঐনা নহাকপু—
হিম-কন্যাকুমারীদই
নুম্বীনীগী লৈকোন্দই।
মোমোন নোংক্লে য়াউরনি—
তেংথা নাওইরগা থেম্লনি।
লোয়নগনি নওতগা॥
লোয়নবীরমত্রবস্নু ঐবু
মালং-ঈপাক ঈয়াইত্তুদা
নোকমিন্নরনি ঐ-নওতগা।
হৌজিক্তি? খল্লুবস্নু হুংশিবা;
"হকচাং পোলাং থায়নরবস্নু;
থম্মোইদি ননাক্ত লৈরি।
নপাম লমদম হুংশিবদনা—
নশানৌ ঐনা লৈহৌরি—
লমদম কৈদা থিরুরি।
কোরৌনা মযুম চংলকপা
সন্ধ্যারাতি খোঙ্গেল তাবদা
লাকউ ঐনা ঙাইরমগে?

ডিসেম্বর থা ইং ১৯৬৪।

---

# "কেকু লোংপীসি য়াওজনা"

হুখরে ঐগী থম্মোইসি নওনা,
থুম্মৎলে মুংশিবগী চান্নবা মৈরিনা ;
লাকখোনে অমুক্তং উৎপীরো নশক্তো ।
হে মুংশিখোইবা অখেবা অহিংসিদা,
থাবলগী ঈপোম মরক্তা উথিবগুম—
নীওগুমদবা থম্মোইনা হুনা য়েংলিনে ।
খঙহৌদে, তাখি মুংশিবা নখোঙ্গেল,
বাঁশিগী সুরদা, পামজবা শৈহেক্তা—
কোকিলগী খোম্বাংগুম, তাম তাম শকপগুম ।
করিগী লোত্তুনা লৈবিবগে— মুংশিবা—
ঐগী মিৎতু তুংওইননা খুমজিনবীথিবা—
খুজেং পাইজরুবদদি লৈরমদরে নহাক্তি ।
এ : অমুকসু ভারে পাপচেনবা নাকোংনা
নোংথাওগী খোঙ্গেলগুম কন্নবা নপাউখোন
সমুদ্র' ঈথক ঈপোম' ঈরাওখোনগুম ।
খোংবীয়ু··· খোংবীয়ু ·· শকপীয়ু··· শকপীয়ু···
খোংবীয়ু, শকপীয়ু ; পুনশি ঈশৈদো ।
ঐগী থম্মোইনা পামজবা শৈশক্তো তাজরগা
হরাউজগে নওগী কেকুলোংপীসি য়াওজনা ।

তাং ১৮ । ৬ । ৬৬ ইং ।

---

# মরূপ শানসি ইচম চম্না।

লাকউনে মরূপ,
ৱারী শানসি উনত্তুনা, ফম্মিন্নত্তুনা—
অৱা-নুংঙাই ৱারী লীনসি থম্মোই ঈংনা
সংসারগী অচুম্বত্তনা থল্লবা থৌদোকশিংদু
নীংশিংলো ঐঙোন্দা নৌহৌনা
মীগী ঈবু মীগী ঈনা থৌরাংলবা যুগসিদা,
পোথাহল্লো লাও : ঐবু—
ঐবু নঙগী ৱারীনা।
নঙগী লোম্হোক্কবা থম্মোইনা
পাউদম্বীয়ু ঐগী থম্মোইদা।
মশীং থীঙমন্ত্রবা সৌরজগৎ, ঙমখৈ নাইত্রবশিংদুগী
ৱারীশিংদো ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা
ঙমদ্রবশিংদু অচুম্বগী, লৌনশি লাকউ ঐগা।

লীবিরো লাকউ নঙনা ঐঙোন্দা।
ঋতু তরুকী ফজবশিংদু, দৃশ্যশিংদু
মতম অমত্তদা, মফম অমত্তদা, মিৎয়েং অমত্তদা, অতুপা
মমা মচাগী অশেংবা প্রেমগী মরীদো তশেংনা
পৃথি' ধর্ম্ম পূম্বগী মচিশিংদু নিংথিনা
তাইবং মীওই ধর্ম্ম, মানব-ধর্ম্ম অথোইবা
তাহনবীয়ু লোয়না নঙোন্দগী ঙসি।
তাইবংগী য়াইফবা থৌরমশিং
য়েৎনবা লৈতবা,

য়াইফ থোইবা, থৌবুরেলগী থোঙলোয়
ওইহনবীয়ু ঐবু, ওইবীয়ু নঙনা লমজিং,
মরূপ নঙসু ওইবীয়ু।
শারম্মু ঐঙোন্দা
তাকপীরম্মু লম্বীদু, তশেংলবা লম্বীদু
মীওইবগী থম্মোইগী য়েন্ন-গুণশিং য়াউদ্রবা লম্বীদু।
ঐনা ঙাইরি নঙবু অয়ুক্কগী নুমিৎ তাঝ ফাউবা
করিগুম্বদা লাক্লবোই নীংই ঐনা নঙবু
খল্লি অমুকসু কৌরিবোই ঐবু নঙনা
তাবগুম তৌই থোঙ্গেলদু নঙগী, ঐগী নাকোংদা;
চেম্মোকই ঐনা তানীংদুনা নপাওদু নঙোন্দগী
লৌহৌনীংবা ঐগীদমক তাহৌনীংবা ঐনা
য়েম্মোকনীংবা নঙগীদমক তাইবংদা ঐনা
পুকচেল তিন্নবা শান্তি পাম্বশিংদুগীদমক
ঙাইবনি নঙবু খৌরাংনা।
লল্লোনবগী শেন্দোংগীদমক
ঐগী ওইজবা থিবগীদমক
মীওৎ-মীনৈ-য়াইফ-খুভম ফঙনীংবগীদমক—
নত্তে ঐনা নঙগা মরূপ ওইনীংবা।
ইচম চম্না য়ারী শামিন্নবা
থম্মোই থোঙ্গেলদু পুদুনা চৎথিবা;
আশান্তিগী, কল্লকয়েংথী মতমগী-রাজনীতিগী,
সম্প্রদায়ীগী রাখল য়াউত্রবা,
অচুম্বগীদমক শীংথারবা,
ফজবগীদমক থাগৎলুবা,
অফবগীদমক নোয়্নুবা,

অচুতগীনি

নওগা মরূপ ওইনীংবা ঐনা।

অচুবু, ওসি ; লাক্তি নওদি, হৌজিক ফাউবা

কোরৌ মঙাল লৈরিঙৈ ফাঙবদি

অচুবু, ঙাইখিগে, ঙাইখিনি,

ঙাইখিনি, থেঙনবা অহিংসিফাউবা ঙাইরবি।

ইচম চম্ন নওগা,

নওগা ঐগা মরূপ ওইচুনা

য়ারীসিদং শানীংবগীদমক॥

তাং ২৫। ৪। ৭২ ইং

---

# সমাজ সেবা তৌগে।

মপান নাইত্র' পূক্লীংগা,
চেংগুম শৌবা মকোক্কা—
চিনগা ঙক্কা মাম্নবা—
মীয়াম মকোক অদুগা
"ঐস্ত মীয়াম সেবাদা
ঐস্তু সমাজ থৌদাদা,
ঐস্তু কৈরোয় য়াথংদা,
ঐস্তু সমাজ-বাদীদা
ঐস্ত্র বিশ্ব শান্তিদা—
লাইর কোটি কোকপদা
হায়দোরকপা রাহৈশিং
থুমই তাব থূদিংদা
অচুম্বনা পূংথাইনি
ফজববু হায়রগা
নীতি জ্ঞান্দা ঙাওদুনা
তাইবং মিৎপু মিরাংশী,
আত্মা জ্ঞানবু কাউদুনা
সেবা ! সেবা ! লাউদুনা
মগরী মুবী ইমাগী
ফেঙদোক্কবা পাত্রদা
ময়াই কাবা চাকহিনা
মণি থাম্বা লিক্লিদা

'শীংকক্কণ্ডমন্ত্র রাবণগী
সেবা তৌগে থোক্কপা
নাকন শেন্দোং তাপ্লিবা
কনামবু য়ামগনবা ?
থবাক্ত অসি কৎলগে,
লনথুম লোয়না মৎলগে ;
ইঙক অসি য়োল্লগে ;
নৌর ইহুন পীরগে ;
চাওর থুদোল তম্নগে ;
ঐস্তু হরাও নোকচগে।"
খোইহি তৈর চিঙ্খান্দা—
সেবাইদমক লাউরিবা।
অফবনা পূংজানি,
য়ুথক 'মত্ত ওইবনি।
নীতি জ্ঞানবু খোঙগাওবা ;
থম্মোই মিৎপু কঙশীবা,
দেহ জ্ঞান্দা জগোইশা
তাইবং পুনশি কেম্নরি।
তৌঙ পুবা মথোমনা
ইযু য়ুনা হৈজিল্লি ;
সনাই তেঙ্গোৎ মথক্কা—
সনা কৈথেল ময়াইদা

খুত্তা চুম্বা সিফাইদি
মিংকুপ অমা কাংদনা
মহাভারত-চৌরগা
নূপী বাহৌ ওইনরি
চিন্দা লাউবা লাইশোন্দি
মফম পূম্বা য়ৌথিবা
খঙদে তাইবং কনানু
মৌনব্রত তৌদুনা
নিংথি বারক পীদুনা
মমায় থৈবা হোৎনরি।
পূক্নীং হিমায়লথক্তা
খোঙ্গেল খোকপা সুরগা
অনী পূন্না তানবা
উবা ঙম্বা পাণ্ডুগা
অনীগী মশক পূন্না
নোংমই হুমিং অমত্তা
হায়দে মহাক কদৌঙৈ

শঙ্খ-তেঙ্গোল-মপৈনা
ওাকশেন্দুনা থম্লিবা!
যুগকী চিঠিখেল্যাগা—
প্রলয় মৈচাক শেমগৎলি।
নাদ তাবা লাইবাদি
"সমাজ সেবা তৌগে" সি।
অচিকপদা ফম্বদুনা
চিন-নাকোং-মিং ইশিন্দু
"সমাজ গাড়ী অচোবা
কোমদই কনবা লাকরি।"
তুমিন ফমই মহাক্না—
খোঙ্গেল থোক্ত সুরগা
হোৎনৈ মানা বাশকপা;
উবা ঙমদ পুন্নগা
উৎকে হোৎনৈ মহাক্না।
তাঞ্জা ফংল ফাউবদা
"সমাজ সেবা তৌগে"সি॥

তাং ২৬ | ১২ | ৬৯ ইং

---

# অশাউবা!
# চণ্ডলক্লন্নু অমুক।

হে অশাউবা চৎখ্রেনে
লাক্লগনু হন্না হন্
ঐগী থম্মোই লকাদা
ওৎলরনু কায়দ 'মুক
ঐগী রাখল ফুম্বংনৈ॥

শাগে নাতৈ পুম্বম্মু
মরূপ মপাং খ্বাইমকম্মু
নওগা-ঐগা লোয়নবা
উবমক্তা লোয়না তন
চণ্ডলমদনা হন্নখ্রে॥

অমাও অতাগী মমা ওই,
কল্লক মীহৌগী মপানি;
লম্মন খুম্বগী মচেমনি,
ধর্ম্মগীনা চায়ম ওই,
হিংচা য়াইতম শাইওন্নি॥

ফুংনাংবগী মনাও শক
ঐগী ঐগীতা লাইশোনবা।
শয়েং পাম্বোম থৈননীং
সংসার লাল্লোই মরাম্বা
বোমগা তোপকা শাগোনবা॥

নঙবু হেক্তা পোকপগা
মচিন-মনাও পল্লিখা,
মপা মচা মংশক তাল,
লৈকায়-শীংলূপ কায়ন-শী— ;
পেনত্রিবরা অশাউবা ॥

চংখ্রো চংলো অশাউবা,
পূকচেল ফত্র মূণীগী
তমথীরবা শাপ্পুগুম
চাইরক্কনি নঙতনা ;
চঙলক্লনু হন্না 'মুক ।

তাং ২৭ | ১০ | ৬৭ ইং



# অতিথি সেবা।

থারম পাংনা হৌরকপা কুমগী নোংহৌ মসুংনি।
হৌজিক্তা জর জর চুথরমই, নেমথখে।
ঙাইহাক হৌখ্রে।
লৈচিনগী মপেনা পাইরি নেমনা, নেমনেম নেম্না
নিংথিজে পুক্নীং হুনা
তারি নাকোংদা অতংপা লৈতনা
কৌজেং, হারৌ, হঙোইনা শকলিবা
চক্‌চিক, গো-গো নিংথিবা সুরদা।
মীচিকখোল তাক্রবত্তদা—,
নোংচুপ থংবা অতিয়াদা, লৈচিনগী মরুমদা
তারমদাইগী থাজনা, হুত্নুনা, লোন্না লোন্না য়েংলকলি।
চিক্লবা অহিংতুদা থাবলগী ঈপোমনা
মনীং তন্ন লৌবুকী ফৌনারক্তা শাজনীংই জগোই।
অতুবু, মিংকুপ্ত অমুক য়েক্লবা ওইরে,
লৈচিনগী মপেনা থত্তুনা।
মরক মরক্তা ফৌনাগী লেং-লেং শাথেক্তা
নোংগী ঈরিক্ত নিংথিবা মুক্তানা মালেম শীন্না চাইগুমই।
তগুপ তগুপ ঙাল্লকই।
অচিকপদা, অরাপ্পদা লমহুইগী খোঞ্জেলনা
অরাংবা সুরদা উ-রা খোঙ্খাংদা খোংলকলে।
অহিং মমৈ অতুদা খোঞ্জেল অতু তাবদা
পলেম ফৈরাদা নাওথি শাজবা

পারী মম্যোমশিংহুনা থম্মোই তনিরু তারি।
কুমগী খোয়াংবা কোক্না নোংগৌরীসু খোংথিদরে।
চরোই-তেতুস্সু য়াওনম্রি, অচিকপনি অচিকপা, অহিংনি চিক্লবা।
লৈখোম্ন শরা শল্লবা নাল্লবদি লম্বীদু
লোইবী নাপোম্বু উননীং, চৌংজুম লাইজ থকচনীং
অচিকপা জঙ্গল ফাওহুনা, মীরৈবাক্তি তমদুনা
লৌবুক ফাউনা চখ্থি।
তুং ইল্লকই ঐনা লম্বী অদুগী,
তাপ্পা অহুদা তুংলোমদগী অচিকপহু থুগাইদুনা
কৌরকই ঐবু; থংপ্রেং থংই।
মিরবা খোম্মাং, শোম্মাংনবা খোঙ্গেল!
অহুমক্তি ওইরগা আশাগী স্নুর।
"হো মরূপ! হো মরূপ! মাঙগী নহাকপু"
"তাইবংলা খোয়ুম লাইরা!" "মাঙগী মহাকপু"
মখা অমুক তারকই,
"হে প্রভু! নঙগী খৌজাল ফংজরে।"
"ঙাইবীখো, ঙাইবীখো, য়ারবা মতমসিদা;"
"লমথুংফম খঙব্রবা, ঐবু অমুক্তংদা ঙাইবীখো।"
"লমজিংবীয়ু, পম্বুংফম তাকপীয়ু।"
তু চুংই খুৎশু থুৎলাই চেকশিল্লি,
মাঙদা ঐহাকস্সু হেক চৎপা ঙমদ্রে;
খুমদ য়াদ খুমই—
"কনা ওইরবনো? ঐনি, মীনে,
চিক্লবা মীচিক মীরাওখোল তাব্রবা অহিংসিদা
নহাকপু কনানো?"
তারকই:—

"হা প্রভু নঙগী দয়া! মাঙদা ৱারবা মতমসিদা
নঙমক লৈবীরমনে ঙাইবীরমখো।"
ৱাহৈতুদা ওইরে ঐসি প্রভু মহাকমক।
য়েংথোকখিবদা উরে মাঙদা লৈখোম তৈরবা
মফি মরোল ইচোৎ চোৎ নিংথম্বনা থক থক নিক
শকখঙদবা মুপা'মা লৃম্ন নম্বোগা লোয়ননা,
নিঙঙমদবা মায়থোং, কায়থ্রবা আশাগী শক্তম,
লেপ্লরে; হংলকই ঐঙোন্দা, "ঐবু নহাকী য়ুমদা ঙসিদং,
অহিং অসিমত্তং পলহনবীয়ু, ঐই পোৎয়োমসে অমুক্তং
পুমিন্নসি পাংবীয়ুনে, ৱারে চোকথরে, নঙনি ঐগী আশা
ৱারবা শাংলবা লম্বীদা নঙতবু থন্দুনা
ঈথৌ লাংনা লাকচবনি।"
পুক্নীংগী লান কল্লে, অমরোমদা ফিমুংদা থাং ছুরি
থ্রাংদা থৌরি, অমুবা ফিজেৎ, মায়দা মায়থুমফি।
ৱাথলনা কনাগুম্বগী নিংথিনা পৈরবা লনগী উপু—
অহুগীম্ন মথক্তা মিৎকুপ্তা হৌথ্রগদবা শঙনগী তাঞ্জা।
পুন্নীংনা লৌরুগে থোরক্লিবা মফম—
অদুগা, মাঙদা উপাই লৈত্রবা অতিথি
মহাকী মিংগৌনা
"ভগবান নঙগী মুর্তি, মাঙদা নঙগী শক্তম
অৱাবা কোকপীবা নঙনা মাঙদা,
তেংবাংবীয়ু ঐবু ঙসি, অৱাবসিদগী পীনবীয়ু চঙজফম।"
ঐমু ওল্লে মায়, তপ্প তপ্প. থারে মাগী পোৎয়োম;
তংথাই য়েন্নরে, তংথায় পুমিন্নরে, হন্নক্লে য়ুমদা
লম্বী অমুক থৈত্নুনা।
হায়দোকখিদ্রে ঐগী থম্মোই ৱাথলদু

অথেংবা অহিংতুদদি।
পুনশিগী মমল য়াম্লবা মিংকুপ্তুদা
অতিথিগা লোয়নবা ঐগী য়ুমদা
লৈজবা চরা তমথুনা
অৱা-পোত্থা ৱারানৈ।
অতুদগী মহাক্তি
ৱাৱবা মহকচাং লৈমায়থক্ত থমদুনা
তূমথুন হুম্না তূমথখ্রে।
তপ্না তপ্না মাঙখরে, ঐগী ৱাখল লৈক্ষেস্নু
অহিং চুপ্পা তূম্নীংদ, তূমখিত্রে নিংথিনা
ৱাখল পূক্নীং অনীগী অকনবদি লাল্লক্তা
মঙলান ওইনা নোংলেন্দুনা।
মায়াগী লৌশিং মাঙখরে।
অয়ুক্কী তাঞ্জা লাকপদা
নামিবগী লিরি খোঙদোই শৈশক্তুদা
কোরৌ মানা মোমোন নোক
হরাও হরাও ওক্লম্বা থেংনরুরে ঐনা
লৈরমদরে, ঙসিদি চৎখিরমলে, চিঙ্খৈ ইচিক হুল্লকপদা
ঙরাংগীদি নিংদোল চোং, থৱাই মিহুন শুদবা।
ঈরুজবগুম য়াংলমলে; ঐগী পূক্নীং মহাকস্নু
ফংজরে, অমুকস্নু, মাগী থৌজান্দগী নৌহৌনা
অয়ুক্তুদা হন্নমুক
অতিথিগী সেবাদু খম্মোই মাস্নু পেম্না।

তাং ১৪ | ১১ | ৬৮ ইং

---

# পীনবীয়ু নওগী প্রতিভা ।

পুবীয়ু ঐবু পুবীয়ু
নওগী খোর্জৈনা পুবীয়ু ।
অহিং মুংখিল অনীমক্তা
তাদিম তাদিম থেম্বীয়ু ॥

খাঙভু থক্তা মাঙহনবীনু ;
ঐগী মঙলান্দা শাজবা ।
পীবিয়ু নওগী প্রতিভা ;
মখোয়তনা ফংখিবা ॥

মঙস্মু তাইবঙস্মু অনীমক্তা
লৈজনীংই নওতগা ;
য়াওজগে শকচবা বন্দনা
নওগী সাহিত্য মন্দিরদা ॥

মহা খৌদাং চাউবশিং
চঙশিল্লক্লে খোঙথাং ভম্ম ।
ইমাগী মিংকী পিরাংবু
ফিজি তুমনা তৈথোকচগে ॥

কায়ন পিরাং কংলয়োই
ইম্বোকপীনু ঐতবু
ঐস্মু য়াওজগে ময়ক্তুদা
লৌনবীনুকো ইমাও : ॥

তাং ৬ । ৩ । ৬৯ ইং ।

---

# মাগী মমিং করি কৌবগে ?

তাকপীয়ুনে হে প্রভু "মাগী মমিং করি কৌবগে ?"
অমুক হংই, চংলি, লেপই, হংই অমুক, হল্লকই ।
খণ্ডলমন্ত্রে কনাসু, হায়বীয়ু প্রভু—
কনাদা হংলগা ফংগনি অচুম্বা পাওখুমসে।
নোংমদি উরুই ঐগী মিংমকনা
মহাত্মা লোয়ননা, পঞ্চবতী উমংদা,
শ্রীরাম সীতা অনীনা, উনাগী খাংপোক্তা—
য়াওনবদো— সত্যগী সিংহাসন খাদোক্‌নুনা।
খাণ্ডবদো অবাবা, জগৎকী মবুঙোনা।

নোংমসু উখি ঐনা কালিদাসকী
খম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন্দুদা ফমুহুনা
মরাইবক থীরবী শকুন্তলাবু সর্ব্বদমনগা লোয়ননা—
নোকহনবদো, নোকহনবদো, নোকহনখিবদো ।

কেগে মোইরাং লৈকোয়পুংহুদা—
পিতৎ-পাতৎপা লমজাদো—
করিদি লৈজদে— রাখন্দুদা তাউরিঙৈ—
মণ্ডলান অহুদা মহাকসু
চৈখন শানা য়াওহৌবদো, ঐনা উখিনে প্রভু।
হায়বীয়ুনে প্রভু— খণ্ডনীংবনা মিপাইরে,
খাণ্ডমন্ত্রে, খাণ্ডমন্ত্রে, খাণ্ডবা শুমজন্ত্রে— খাণ্ডমদনা খণ্ডনীংলে ।

উইশিঙ্গবতনি, মমিং অনীদো মুংঙাইনা
তুমজবতনি, মুংঙাইনা পলেম ফৈরাথক্তুদা।
থাদোক্কে মুর্ত্তিদো— চেৎনা পায়শিল্লি।
অত্থবু অমুক নীংশিংলকলে,
কাউবা লৈতে ঙসাইগী য়াহংদো প্রভু মাগী মমিং করিনো।

কবি কমলগা,
কাঞ্চিপুরগী থম্মোইশোক্লা মন্থরকপা কোন্নুংগা
মাগা, মখোয় অহুম পুন্নপা
য়ায়ীনহৌবত্থ উরকই।
অমুকস্থু উরকই— শাংনা তিংথোকহৌই।
অশংবা মচু,
অঙাংবা মচু,
নত্তে অমুকস্থু হিপ্তুনা, পিকশিন্দুনা,
কোয়রাওননা, পাকনা, মচেৎ মচেৎ ওইনা,
লৈহৌবত্থ উরকই। তাকপীয়ু প্রভু মাগী মমিংদো। তাকপীয়ুনে।

জয় ওইবীয়ু ইমা, লানখে ঐনা
মহৈ মরোং চন্নবী পুকফবী
নঙগী ঈশিং, মুংশিৎ, লৈবাকনা, নচাশিংবু য়োক্লিবী,
অস্থমনা হায়হৌবা
ও: অত্থগী মথা তারমদাই
থংনবা অত্থমক্তনি মানা লৈহৌবত্থ
উরকই, উরকই, উরকইনে প্রভু।

য়ুগ কয়াই মমাঙনি
সত্যগী সিংহাসন থক্ত আশোক মহারাজনা ফমদুনা

মায়থোং লুরূকপদো ; নিংথৌরেলগী মায়থোং
য়েংহনা লৈহৌইনে, ঐনা উইনে, উরকইনে প্রভু।

অতুগা, অমুকস্নু হিরোসিমা, নাগাসাকি
অনীগী প্রলয়গী মৈরী মরক্তা
চিতা-ভস্মগী অকিবা ফংলবা মনুংহুদা
নাহেখোনগী মরক্তুদা, মোংফম উৎপুংনুংহুদা
মাদি নিংথম উনগুম ঈংনা, নিঙভাইদনা
নাহে খোন্দু তাহনা য়েংহৌই।
অতুগা ঐ খঙহৌই
লানগী অরা চৈথেং মরক্তুদা—
মরক-মরক্তুদা ঙসি ফাওবা ফমলি মাদি লেপ্তনা
উহৌই মাদো উনগুম ঈংনা।
তাকপীয়ুনে প্রভু মাগী মমিং করি কৌবগে।

তাঞ্জা অসিমক্তনি, খঙনীং নীংশিংলক্রে,
ফুক হৌগত্তনা চৎলক্রে,
থাংখে ঐগী খোঙসি য়াঙনা
খঙদে, মায়কৈ কৈদা চৎলিবা ঐসে।
তাঞ্জা অদুমক্তদা, লাকই কনাগুম্বা অমা
খামই ঐনা—
তাবীরিবরা? অমুক্তং ঙাইবীগে, ঙাইহাক্তং লেপ্লীখো।
লেপলে। মাস্থ।
হংই— ঐনা
মাগী মমিংহুবু করি কৌবগে। তম্না খুম্নকই—
খঙদে, থেংনখিবগুম তৌই, থিরকখিগে,

নত্রগা হংলকখিগে।
মহৌশাগী পাওখুম অহুপুস্বনি। অহুদগী মাস্থ চংখে।

ভপ্তাগী ব্বারী, ছায়াবাদী, যীশু খৃষ্ট, অর্থ অলঙ্কার,
উত্তর-মেরু, রাদর, হিমালয় চীংদোল, সাইন্স,
মন্দির, গীর্জা, মসজিদ, বিবেকানন্দ,
ঈশৈ, ইজ্জং মাঙহনবীরবী,
মরী ইরৈ লৈনদে, মানা ইতিন তিয়ৈ, তিয়ৈনে মাদি।
তাকপীয়ু প্রভু মাগী মমিং করি কৌবগে?

মুংখিগদৌরে মৈরা পিশক্তো
খঞ্জিনবা হোৎনরি খুবাং অনীনা মৈরিদো
ব্বানা খাঙলি, কল্লবা নোংলৈ মুংশিৎনা হুম্বদা
ফর-ফর হায়রি— মিত্তি মশেং-মরাংই, ইথক থকই;—
মৈ কনবা হোৎনবদা থবক্তি লেপলে
পুম্মুং হেক মুখত্তুনা অমম্বদা ফম্বনহুম হেম্না ফরদর খল্লি।
অহুস্থ মাদি য়েংহুনা অহুম লৈথোকই।

কিজৈনে— কালিগী মন্দিরদা অতংপা লৈতনা
ইরোই চামা, ব্বশ চামা, হামেং চামা, মী চাম্বা
তৌথি বলি— কৎখি ঈগী বলিদান
উবদা স্বর ফুল্লে, ব্বাই ব্বাই থম্মোইসে
তু চুংলে, হুমাং কারে, মিহুন লেপখিগদৌরে
খোঞ্জেল থোক্কে— ঈগী সমুদ্রহু উরুবদা
মহুবু, প্রভু মাদি তুমিন য়েংহুনা লৈ
নোক্কে, কপতে, হরাওবস্থ নত্তে, কমদ্রুনা য়েংলি

করিগীনোনে? করি পুকচেলনোনে?
তাকপীয়ু প্রভু মাগী রাখলদো।
তস্বীয়ুনে প্রভু মাগী মমিংদো।

অচুদগী থল্লকলে
মহাকসে, ঐনা মফম পুম্বদা থেংনগদৌরি।
মন্দিরদা, গীর্জাদা, মসজিদতা,
অঙাংবদা-অশাবদা, স্বর্গদা-পতালদা, সুংশিবদা-অশাউবদা,
মফম খুদিংদা থেংনগদৌরি— শকখঙদবা মহাকসে,
তাকপীয়ু প্রভু মাগী মমিং করি কৌবগে।

শরত পুর্ণিমা থাজনা, মপুঙ মরৈ ফাহুনা
অথী-শকফম মাঙখিবা। ঙসি মাগী মিংচৎ ওই
থাজ মাদি খঙজদ ফজ' রাংলি খন্দুনা
মায়হিং তোয়না তৈথোকচ, কেজবতু উবদা;
থবানমিচাক শাগৈনা, ইকাইহুনা য়েংঙমদ
তনিক তনিক থাঙহৌবা। সপ্তঋষি মন্দলসু
মায়থীরেদি থন্দুনা, নোংচুপ সমুদ্রদা লুপখিবা।
অচুগা,
মতৌ অসি য়েংহুনা, শান্তি ফিজোল লকসিদা
পিকতক চেনবা তুরেলগী, নাকল য়েং-ওই অনীদা
ঐখোয়গীদি লৌবুকনা, মলয়াদি নামিবই
খোঙদোই শহুম ফংবদা, লিরি-খোইরি নোমহৌবা
অচিকপগী মথক্তা, কৌজেং হারৌ শৈশকনা
অচুগীসু মথক্তা, অহিং মমৈ ওইরকপা
তাইবং ঈচিক হুল্লকপা, মীচিক মীখোন তারবা
তাঙ্খা অচুমক্তদা, ঐখোই লৌরি থক্তুদা—

পিক্ল' ফমুং থক্তুদা, তূমদুনদি লৈহৌই।
তানীংইনে,
থওনীংইনে, প্রভু;
তাকপীয়ু প্রভু মাগী মমিং করি কৌবগে।

অহূদগী, সুমিদাংবাইরম্ন ওইরকপা,
সুমিৎনগা চায়রকপদা,
হল্লক্লে ঐস্ন, থল্লি পূক্লীংদদি
হয়েং অমুক থোক্তুনা অউবা কনাগুম্বদা
ইনৌ নৌনা হংলগে।
"মাগী মমিং করি কৌবগে।"
লেপত্রি, লেপত্রি, লেপলকত্রি, বাহংসে প্রভু লেপলকত্রি
হংলকলি, হংদুনা লাক্লি
তাকপীয়নে প্রভু— মাগী মমিং করিনো।
তম্বীয়নে প্রভু মাগী মমিং করি কৌবগে।
মাগী মমিং করি কৌবগে।

তাং ৭ | ৮ | ৬৮ ইং

---

# হায় অল্লাহ ঃ

পুনশি, অর্থ য়াউত্রবা পুনশি,
লেল্লি মীওই মপোক কয়া কয়ানা।
হংই, "মসিরা? মদুরা? কদায়নো?"
খুমই, রাজনীতিনা, অর্থনীতিনা, সমাজনীতিনা।
হায়রি ফজ পাম্বনা, ধর্ম্ম পাম্বনা, লন পাম্বনা—
"মদুনি, অসিনি, অতুনি।"
পেনবা লৈতে, তস্তনা হোংলিবা তাইবংনা;
অরেপ্পা লৈতে, অশেংবা লৈতে, পাউখুমনা।
ঙাওরবা তাইবংনি, লমথুংফম থিনবদা, থিনরিবা।
বাখল! ঐগীসু বাখল—
চানব্রা য়েংই, হাপ্তুনা মাগীহুদা,
চানদবা কয়ানা খন্দোক্লবা হোৎনৈ— বানা—
চানবা কয়ামনা হাপচিন্নবা হোৎনৈ— বাশকুনা।
অসুম হোৎনবতদা, হোৎনরিবৈদা ফলদি তাহৌদে;
ময়েং তারে পুনশিদি।
অতৎপা লৈতনা চেম্ব্রিবা পুনশিনা
কংবা নাইবগুম, তুরেল ঈচেলগুম নোংমা
পুনশিদি লোইখিগদৌরে কংহুনা।
শোন্দুনা অতৎপা লৈতনা
হরে কৃষ্ণ-হরে রাম; হায় অল্লা, ও: গোদ;
হোৎনৈ অৱা পোখোক্লবা নোনা।
মহুসু হা-হা কানা বারক্লবতদা

শোল্লুবমিনা, চিন্নরা কান্দা ;
সাধনা, শ্রদ্ধা, অভ্যাস য়াউত্রবশিংদুন্না
কদায়দনো ?
অন্নাবদি কোকহৌদে।
নীংশিং নীংশিং লৈহৌরি মৈচাক্তি।
থল্লকই, হে মতমগী বিজ্ঞান নঙনা
অচুম্বা পাম্বা থম্মোইদগী থোরকপা
হিদাক্তু, যন্ত্রদু নত্রগা পুনশি লম্বীদু,
পীরকসনু নখোয়না, নৌরবা—,
নৌর-পুনশিবু পুমকাউ-কাউহনবা ওম্বা
হিদাক্তু, যন্ত্রদু, নত্রগা পুনশি লম্বীদু
মতমদুদা থোরক্কনি অর্থ "হায় অল্লাহ" গী।

তাং ৩ | ৭ | ৭২ ইং

---

# ৱারীনা ঙমখৈ নাইদবনা হংলক্করে ঐদি।

নোংমা চৎলি ঐখোয়মৈ
নিংথিরবা সনা কৈথেল ময়াইদই—
নিংথৌ সনা কোম্নুংদই—।
ঐখোয় মঙা ৱারীনৈ, পুনশি কুম্মে নীংশিংনৈ ;
খোঙথাং খোঙথাং খুদিংদা
তাঙ্গা তাঙ্গাই তুংইন্না
শাংলবা লম্বীনা তেল্লকপগা
ৱারী শীংবুম লোইশিল্লক, লীনদবা য়াউথিদ্রে।
করি ৱারী লীশিংগে, মানা করি তানীংনি,
থোইনা ইহং হংনদে।
মরী ইরৈ লৈনবা ; মরী ইরৈ লৈনদবা
ওয়ে লোইনা থংনথং—।
চৎপা খুদোং চানবা য়াওই ঐদি দোলাইস্থু
খল্লি মখোয় খ্বাইদই, ঐনা লাপ্প চৎলস্থু
ৱাদবদি হেল্লনি।
তুংদা লৈথ য়েংলুবা
থম্মোই ঈথক ঈহৌই— ;
তাখিবা নোংস্থু কুইখরে, ইকং কংলে লৈমায়স্থু
অতুমক্কুদা, খুত্তা ছাটিন পায়তুনা
নাৱা পিশক অতুনা নোকমি নোকমি মায়থোংনা
ইল্লমই, ঐখোয় মঙাই তুংইন্না—।

হাক্লস্নু নকশিল্লক্কে, হাক্লস্নু লাপথোকখিদে।
তারি, ম্নাম্নী চিথদে, ঐখোয়মৈনা লীনবা।
চৎনা চৎনা মরক্তা কাওবু কাওবু হেনগৎখি,
শোঙহৌস্নু ময়াউই খুৎপু খুৎপু' মপৈনা।
কোরৌ গুমিৎ উরম্বদই
মমশিল্লকপা অদুদা হন্নরগি হায়নবা ইনংমক্ক নংহৌদে।
হুৎ ওন্দুনা মরাকলে। পুনশি লম্বেল লোইরবদা।
থেংনৈ ওসাই লম্বীদা, মন্নক্লবা 'হুদদি
থুমা থুমা খোঙথাংশিং
মিৎ-না তথকপা
লমদাং মতা চাদবা।
লমখাই অগদা মন্নবা
লমথুং লম্বী ওইরমলে ঐগী,
বিদায় নিরে মখোয়দই, ঐনা।
চঙখরে মখোয়মৈ—
ইন্নখি নাম্বাদুস্নু, খঙহৌম্রবা, খঙঙমদ্রবা, হংহৌদ্রহুনা
অতাবতা থংলবা, ম্নাম্নীনবা য়াওদবা।
থুংলমলদ্রা হৌজিক্কি—
সনা কোম্নুং মমুংদা, নিংথৌ শঙ্গাই মাঙোলদা;
খলহৌই ইতোমতা— "উরিদ্রা মখোয়না"
"ছাটিন পায়বা নাম্বাদো, তুংদা শোৎ শোৎ ইল্লিবা!
খঙলিদ্রা মহাকপু হঙ্গে য়াওনা হংহুনা!
ম্নাম্নীনা ওমখৈ নাইদবনা হংহৌদরে ঐদি!

তাং ৫ | ৮ | ৭০ ইং

---

# পুনশি বসন্ত ওইরিঙৈ।

বসন্তগী নুংশিৎ শিৎলি
নঙগী যৌবনগী পুনশিদা।
কামগী শুমহৎপা ওইরি ;
নঙগী অয়ুক্কী মায়থোংদা॥

তান্নবা খুদিং নঙনা,
নুংশিবতা ওইরমগনি থম্মোইনা।
উক্নবা পুন্না মতমসিদা ;
ওইরমগনি ফজবতা পুন্নমক।

খঙলোইদবসু হংলক্কে অমত্তা,
হংলোইদবসু লৈতে নঙোন্দা।
থাজৈ নঙনা হায়রবতদা ;
পুনশিগী বসন্ত ওইরিবনা॥

আশাগী ময়োল তত্তনা চোংই,
থাজবনা থল্লি থম্মোই।
থল্লুদে নোংমদি ওইরগনি ;
উরিবা পুন্নমক মায়াগী কুশ্মৈ॥

তাইবং লৈকোল থকসিদা,
পুনশিগী মমিনা চায়রক্লবদা।
শাংলরোই লাইবক্কী থম্বালসু অমুক ;
বসন্তগী নুংশিৎসু হন্নকলরোই॥

তাং ২৫। ৭। ৬৩ ইং

---

# ৱারেপ অমত্তং তাবা—

ফংগদর মখল্লি, তাম্নবদি মঙমদে,
হল্লসিরা খল্লুরে, ইচিং চিংনৈ থম্মোইন্নুং
অমুক্তংদি য়েংখিগে, অমুক্তংদি তানখিগে।
মনাক তানা চঙহনা তশেংবদি খঙলুগে।
ঐগী ৱাখল ৱাংমদা, ঐগী মিৎয়েং মপান্দ
অমম্বনা কুপ্তুনা মায়া মানা শুমহনা
মপানথোংগী ওইনতা, তুজুংনবা উৎপরা ?
মশকমক্তি খঙত্রস্নু চঙহনদি য়েংলুগে।
স্নুক্ল' বনগী মনুংদা মম্লবদি ময়ায়দা,
হিংচাবগী মায়ানা পূংথন থল্ল মফমদা
চঙলুরগা হম্নমুক করম্নদি চেনগনি।
মাঙস্নু লাং তুংদস্নু তেন থৱাই পোম্থা মশোয়ত্রে।
"কিরবদি চঙলুন্নু চঙলবদি হল্লস্নু।"
লাইৱা অসি হায়ম্নদি কমদোদনা থলহোদে !

নোংলৈ-নুংশিৎ হৌরক্লে নোংথাং মাস্নু কুপ্লকলে,
খঙত্রে, অচুম লম্বীহু কদোম তানা চৎকনি !
অসিগুম্বা তাঞ্জাদা চিংনগন্নু শাথোবা
চীংখোঙদবু স্বর হোন নোংদোন ওম্ন য়েংহ্নুনা
চিংন পরৈ হুক্তুনা নীংজিংননা লৈগনি ?

খুংকী নৌরেল চেংশিল্লি,
হুমাং ঈরিক মক্তনা
কৈনো খঙদে পূক্নীংনা
থগ্মোই তথক-তনিকই
অত্তুমক্তি ওইরগা
হায়রকইদো সুংদগী
"ইজ্জংতুদং ঙাক্লবা
খামলমউদো থিংলমউ
চংশিন্দুনা লেপ্তুনা
খুজেংতুদং পায়রম্মু,
খাম্বমক্তি ঙমত্রম্মু
ফংনি শোয়রোই মিংচত্তু
অশুম লাউরক তাবদা
পুনশি লানফম ময়ায়দা

খ্বাংগী খ্বাংজেং লাকশিল্লি,
তুব্রম খুদিং চোংখরে
কদায় খঙত্রে রাখলনা
ইচোই চোইরে বুদ্ধিনা।
অচেৎপদি কৌবনা
লাউরকইদো মহাক্ন—
মুপা থৌদাং উত্তুনা
অথৌ' নঙনা ঙাইহাক্কং,
মাগী মনাক অত্তুদা
অকিপূম্বা লৈতনা
লেপহনবমক য়াত্রম্মু
মীথোই মীহেন খুভমত্থ।"
চিংন পরৈ কিশি হুন
মাঙদা খোঙকাপ থাংজিল্লে।

তাং ৯।১০।৫৬ ইং

# অপিকপা।

হে অপিকপা! নঙবু কনানস্থু শীংথাবীদে।
খ্বাইদই পিকপা কাঙবুবু মীনাই হায়না কৌনরি।
পিক্ল নমোক থুংবদা অঙাং নিংঙাই তৌনরি!
লৈকাই শীংলূপ অপিকপা অচৌবনা শুস্কৎলি।
শক্তি পিকপা লৈবাকপু লোইপোৎ পুনৈ চাউবগী।
অচৌবতা পাম্লিবা মীকোকথোংবা পাম্বনা
অচুম অরান কাউত্নুনা মীহিংচাগী পুকচেল ওই;
তাইবং মরু ফংনবু মাঙনবগী খুৎলাই ওই।
অত্নুবুনে অপিকপা পিক্ত পিকপ অপিকপা
অমুক খায়দোক ঙমদ্রবা নঙগী নগুণ খঙদবা
মখোয়ত্নুনা লংশেকপা, মখোয়ত্নুনা খোঙ্গাওবা,
নঙবু তম্ন নমথবা, নঙন নাচুংবীদেকো।
পিক্ত পিকপ পিকপগী এতোম শক্তি ফুগায়রে।
ঙমখৈ লৈত সমুদ্র মপান নাইদ মরুভূম;
নঙগী পাঙ্গলনা শাথরে, নঙগী গুণ ঙাকখরে;
খায়দোকপস্থু ঙমদ্রবা মতম কৌবা অপিকপা
নঙগী নঙমুক পিকপবু কদায়দবু লৈরিবা?
তাইবং শেম্বা মপুগা মতম কৌবা নঙগবু
কনানবু পিককবা চিংনদবা ঙমদেকো।
অত্নুবুনে নঙতনা ওনঙমদ্রব যুগ কয়া
ইলায় লায়না শাগৎখ্রে। তাইবং মপু মহাক্কী
মগুণ অত্নুম লৈবনি, মতিক অত্নু উৎখ্রেকো।

হে অপিকপা কিজৈনে কিফম থোক্ল নওতবু
অচৌপাম্বা কাওবুস্নু মীথোই লাইনীং মখৈস্নু
তাইবং পুকচেল খোয়বস্নু বুদ্ধি থৌর মখোয়স্নু
নওগী নগুণ উক্লৈ নওগী শক্তি থেংনৈ—
হন্ন হন্ন থম্মোইথুক কিজ্রবনা ফুম্বংনৈ।
নওগী গুণদু উথ্রবা পিকপতবু লাইনাংবা
মচাতবু চেকশিনবা মখোয়দুগুম কাওবুনা,
মীওই মপোক অত্তুন, তাইবং লিলা ফম্বাক্ত
চেৎল খুভম ফংনখি পজেং ফীর‍্মাল থেৎনখি।

তাং ১ | ৮ | ৬৬ ইং

# নঙগী নত্তৌ তমজগে ।

পীনবীয়ু ননাইদা ! “নঙগী নত্তৌ তমজগে ।”
ঋতু তরাক থৌবুবা । নোংজু নুংশা য়াকায়বা ।
শরত থানা পূক্লীং হু, হেমন্তদা নুংঙনবা,
বসন্তনা মৌহৌবা । “নঙগী নত্তৌ তমজগে ।।”
অয়ুক য়েন্দা অঙনবা, চিখৈ ফিত্থুপ চিক্লওং
কোয়ৌ মঙাল পীনবী ; মালেম অমৃত খিক্তুনা
নুংশি-শায়োন উৎপীবা ! মন্দ্র, মধ্য, তারদা
য়াকাইরোলবু শকপীবা— তমজনীংই নত্তৌহু ।।

তাইবং কনা য়ারগা নঙগী থৌজাল ফংহনা
হয়াও মোমোন নোকহনবা ; পূকচেলথীবা কনাসু
চায় মিৎয়েং মীনোক্তা নঙগী য়ারক তারগা
মহা ঋষি ওইখিবা— তমজনীংই নত্তৌহু ।।
অপীক অচৌ পুম্নবু অচান-অরায় খায়দবা
অত্তোনবসু থিনদা অতাবসু নাইদবা
তাইবং জীব পুম্নসু— চায়-লুনা মায়না
নথৌজালবু উৎপীবা তমজনীংই নত্তৌহু ।।

কনাগীদি থবকনা মীগী মায়থোং লাংশিনবা,
কনাগীদি য়াথলনা লৈকাই মচা য়াহনবা
কনা’মগী পূকচেলনা অত্তোপ্পগী মায়থোং লাং—
উজনীংদে মত্তৌহু তমজনীংদে মখোয়দু ।।

ইতিহাসকী সাক্ষিনা, মীহিংচাগী পূকচেলশিং
তোয়না তোয়না নীংশিংবা তমজনীংদে মতৌদু
যুগ যুগকী থাম্বীহৌ খণ্ড-অখণ্ড প্রলয়'
অরোয়-অথম নাইদনা থোকহনবদু উনীংদে॥

পাণ্ডবগী থর্মোইদা তত্তনদি ফাওরিবা
অৱাবদি ইবুংঙো নঙগী নতৌ নত্তনা
হুরান লান্না মীরৈহৎ মখোয়দুগী মতৌদু
উরুদরা হায়সিনি, তমলুদরা অসিনি॥
অসিমখৈ নত্রবা পীনবিয়ু ইবুংঙো
নঙগী নতৌ তমজগে, তমজগে; হো তমজগে।
পুনশি ইথন্নদ্রিফাও মৈতাম্ন ৱাখৈনদ্রিবৈ
নঙগী নতৌ তমজগে, নঙগী নতৌ তমজগে।

তাং ৩ | ৯ | ৬৭ ই



# পীনৌ সিতদি নহাক্না ।

পীখি নঙগী নথৌজাল, ঙরাংতস্নু নৌহৌনা—,
কাউরুই ঐদি পাঙদনা, থেল্লবা ঐগী বুদ্ধিনা।
ঙাকপীহৈবা নঙতনি, নৌহৌ নৌহৌ চানবীবা।
তাইবং ঐগী ইরালনি, তোয়না নঙবু কাউথোকপা।
ঐনা থিরে হায়রগা— নঙবু ফংনি খঙনমক—
থৌওইরুক্রে মিৎকুপ্তা অমুক নঙগী নয়াথং॥

ঙসি কৌবা নোংদদি, "ন্নুংশি" ঈরা থিকপিরো
থৌজাল নঙগী তাঙলবা, কান্নদরে ঐঙোন্দা!
"ন্নুংশি," নঙগী ঈরিকনা, তাইবং ঈপাক ঈয়াইদা
চৈশু ওইনা চৎচগে! ইনাক নকপা কনানা
মাগী মনম তারগা, পূক্নীং শান্তি ফংসন্নু।
পীনৌ 'সিতদি নহাক্না, অতৈ করি নিজরোই॥

তাং ৩ | ৭ | ৬৭ ইং।



# নীংতম ঈশৈ।

ওইরোকো হে মুজিব মহম্মদকী শকলোন নঙনা।
ওইরোনে নঙদি অল্লাহ মাগী শক্তম॥

শারংদা ফাতুনা থম্নুম্নু থম্বা ঙমলোই থম্নুম্নু।
থম্মোই অতিয়া পকপনি; শারংগী অহোবা
পয়া-খরাই মরক্তা, তাইবং পূক্নৌং খুত্থং ইন
চংখ্ৎবনি মাগী থম্মোইনা।
রোজাগী মুমিৎশিংদা, বীবীশিংনা মপুরোইবা নীংলবী,
কৌগনি মাবু,
হায়গনি তত্তনা
থম্মোই চাক্ল পাউখোলনা
"পুবীয়ু, পুবীয়ু ঐখোয়বু," থম্মোই শোক্ল পিরাংলক্ল,
"তাইবং মায়া পুনশিলক্তগী পুবীয়ু ঐখোয়বু।"
পূকচেল শেংলবীশিংনা মপুরোইবগী অমানৎ
থম্মোই শেংনা হেফাজৎ তৌরিবীশিংনা
কৌরগনি মাবু, লমন শিংনীংবগী
অচাকপা পূক্নৌংগা লোয়ননা।
"মজবুর মজবুর পীরো ঐখোয়গী থৌনা।"

চোংথোরক্তনি চম্নু নিঙোন লাক্ষ লাক্ষ,
মুংশি পাউমেন্নবা নংদনা;
বুর্কাগীদি মুংদগী, ইকাই ফিরক হাংদোক্তুনা
ইজ্জৎ মাঙহনবীরবশিংদু মিৎনা শং-শং উরুবদগী।

মপুরোইবা শকখঙত্রিবীশিংদুনা
কনাদগী মাফি নিরুগনিদি খঙজদা
খোদা, খোদা কৌরদুনা
চোংথত্রে,
য়াংলবা দলান্দগী
থাখে় থব়াই, উমুং য়ানুং খুঙ্গং মচি মচিদা
ফুপীজা শক্তি; শাগী তাশোন ফংলবদা;
চৎখে় থব়াইনা হকচাং পোলাং থাদোক্কু়না ॥

নিরশ্মী খোদাদা পীবিয়ু় খোদায়া
মুজীবকী পাঙ্গলগীদমক, মাগী মঙ্গলগীদমক
কৎলবনি থব়াইসি মাগীদমক নঙোন্দা,
লৌশিনবীয়ু় খোদায়া।
থারবনি, পুনশিনা হকচাংদগী
মাগী মঙ্গলগীদমক ঙসিদি।
সিমস্থু হায়রমলি মুংশিরবী চমুরাশিংদুনা
"কয়ামতকী মতমসিদা হে মুজিব নঙনা
শফাঅত তৌবীরবনিনে ঐখোয়বু়
অরান খুভমসি ফংজরবনিনে ঐখোয়না
চামদা চাম চিংনবা লৈত্রেনে মসিদা!"

নিখ় বনিনে মসিস্থু, মুরা চমুরা মখোয়না,
"ইজ্জৎ ঙাক্না পান্থোম তিংঙমত্রদুনা
আত্মা বলিদান তৌরে হায়না
য়ারোবীমু পাঙত্রবীশিংবু়।"

চিল্ল-মল্ল-পাল্লবা আসমানগী থকসিদা
ইদকী চান্দনা লমজিংবীসন্নুনে
হে মুজিব নণ্ডবুদি।
মতম অদুদা নণ্ডনা লাকপদা;
নেৎপীরম্মুনে থোজানবীদুনা!
কংল শরূ মচেৎ অদুদা, অমুক্তং ওইরবস্নু,
স্বর্গগীদি লম্বীদুদা॥

শারংদা ফাদুনা থম্ম্নু থম্বা ওয়োই থম্ম্নু
থম্মোইদু অতিয়া পকপনি,
অতিয়া পক্ক ৱাংবনি থম্মোইদু।

জেসোর, খুলনা, ঢাকাদা; কোমিলা, চিতাগোং, সিলেটতা;
রঙ্গপুর, বরিসাল, চালনাদা ঈগী বলিদান কৎখরে।
থৌনা ফবা বঙ্গবাস চৈগা চৈগা থোরকলে;
খুদুম শীংনা চেল্লকলে। শতাব্দীগী খুৎলাইবু
ইরায় লায়না মায়োক্লে বোমগী তোপকী অৱাবা
শন্নাংমফে খণ্ডখিত্রে। ঈচেল' জগোই শাররে।
ঈখেং লক্ত লাউরকই মুজিব মহাপুরুষনা—
"অথৌবশা থোরকলো লাকলো ৱাশক চেৎপশা
য়ুমগী থোণ্ডদা লেপ্পরে য়েক্লবগী মপৈনা।
লৈজ' খুৎলাই পাইখৎলো, য়েক্লববু থিংলরো
ভীংগী পোম্বা থাররো, বঙ্গবাসি অমত্তং
থৱায় তোংদা পক্লিরৈ নরৈবাকপু কল্লরো
পাক্কী হিংচা য়াইতম্বা শারমচৎনা ৱায়েনবা
মায়োক্লরো নখোয়বু তাঞ্জা চারে ওসিদি।"

মরোলথোক্ত নুংমকস্থ পেংলে কম কনঙমদা
লেঙঙমত্রবা চীংমকস্থ হৌগংলক্লে লেঙঙমদা
লাক্লে লোইনা খুংশম ব্রহ্মপুত্র গঙ্গাতম
বঙ্গ উপ সাগরদা পঠান পঞ্জাব সিপাহি
নৈহত্তুনা ফুমগে হোংনমক্লে ওম্মথৈ॥

ঙসিদি ; নিংথিরবী অয়ুকী নোংপোক চিথৈ মঙালসে
মচু তরেং ওম ওন কপলে তনিক তনিক ;
উরী ৱারী পুম্বস্থ মিংকী পিয়াং ইরং লং
সোরারেনস্থ কপথরে ;
লমজাও শোরোক শুমাংস্থ
পিগী ঈরিক্ল থমহুনা
শায়খিত্রে ঙসিদি, নৱা পিথক মথৈস্থ
চয়' মিনোক তাথিত্রে, তাদিম খুংথেক উথিত্রে।
থুক্কংলবা থম্মোইনা অকি শক্তম লৌথরে।
কাউরেন যন্দি অঙাওবা পিগী লৈথোম মরক্ত
চিদা ফবা ফেঙলক্লে।
হংলি হিক্ল কপ্তুনা— মতং মতং ওইনদি
হম্বা হম্বা খুংখোংদা :—
"তাকলো, কনানো মীওংপদো, তাকপিরো
থেংনরগে ঙসিদি।" নমথে লাইবক্ত
পিগী চন্দণ
ওকপা লৈত্রে অহুফাও
খুমাং খুয়াক কুন্দুনা
হংলি মালেম লৈমদা—

"তাকউ ইমা করিগী, তাকউনে;
হায়য়ু ইমা পুকফবী, হায়য়ুনে;
কনানা? অয়া পিয়াং পিয়োইনহনবা!
ধর্ম্মগী পোক্লফমনি হায়বদায়নে ইমা!
শাস্তি ভূমিনি তাকপিবদায়নে নঙনা!"

চেক্লা অমুবী কোকিলস্থ
চরোই তেত্তু উরিংস্থ
লোইনা কপলে ঙসিদি।
ঈচেল পিক্লবী সেকমাঈস্থ, নুঙ্গায়রক্ত কপ্প কপ
অয়া-তেংথা চেন্থরে।
পাউংহলকই তাইবংদা
ব্রাকংলকই মালেমদা
হিন্দু-মুসলিম-চীংমী-ভম্মী পুম্বদা।
"করিগীনো ঙসিদি বঙ্গবাসি পুম্বনা
অয়া ফিরক খুমলবদা
তুমিন লৈথোকপা নথোয়না
লেপ্তুনা য়েংলি নথোয়না
তাইবং নঙগী শাজংলা?
তাও:, ঙসিদি মাগী মীকপথোল
পুবা ঙমত্রে থবাইসে
নুংফোলক্ত শীংলহুনা
নুঙ্গায়রক্ত তকথায়হুনা
থম্মোই মচেং মচেং ওই
কায়রবনি ঐহাক্তি, কপ্পগী ঙমথে লোইদরি।

কপথিগনি অমুকস্মু, হিক্ল হিক্ল থোইনত্নম।
তাইবং নঙনা করিগুম য়েংঙম্নদি য়েংখোকো॥

ওইত্রেনে, ঙসিদি ওইখিদ্রে,
নিংথি ফজবী মায়থোং সুন্দরবন
মরাল লৈত্র নাব্রাশিং
পলেম কায়ন মখোয়না
মীহাৎপশিংত্নগী খুত্তগী, শাহিংচাবশিং-ত্নদগী—
মীচেং চার চাউরবা মীওৎপশিং-ত্নদগী—
থেংনগত্রা কিবনা লোৎনফম্মু ওইনরে॥
চায়োক ফবী সুন্দরবন
পুকচেল ফবী মুংশিবী, মীয়োক হৈবী সুন্দরবন
লংজা লমহুই হুরানবগী, ওইরে রাক্ষসাগী কায়দোংফম,
মীহিংচাগী খোঙদাফম।

ফংগনি কদোঔে পলেম তম্পাকথক্কা মুংঙাইনা ত্নখা।
পুণ্য চেল্লবা, মমা ওইবাগী থম্মোইবু
মুনবীথ্রবদা পাপকী মপৈনা
চেল্লি, মরুভুমিনি খঙনা খঙনা
মায়া মরিচিকানি উনা উনা
পুঙমত্রবা থব্রাইগীদমক।
চিনবান থক খা কং, মায়খোং মরু মক
চেল্লি পুনশি মাগীদমক।
রাহুনা উন্নবা থাজগা, নাবাগী রার মায়থোংগা,
পুল্লে মুংনাং পোৎলমগা
কনানবু হেনগবা?
রারে রারে মহকচাং।

খোঙথাং খোঙথাং খূদিংদা
মাঁ কোঠাই? কোঠাই মাঁ? হংলি,
মাঁ, মাঁ কোঠাই গেলো মাঁ? থিরি,
তোমার কি সমাচার মাঁ?
মাঁ তোমার কি সমাচার, ওঃ মাঁ? কপচরি, কৌজরি।
কৌরি, হংলি স্বর ফ ইনা হোন্দুনা কৌজরি।
ফংদরি পাউথুম তাইবং মোংফম থকসিদা!

অহুবু হে মুজিব
ওইবীয়ুকো লমজিংবা রারবদি মথোয়গী
মসজিদকী লম্বীদা, জম্নৎকীদি থোঙজিন্দ
ওইরোকো নঙনা খোদাগীদি শক্তমহু
চাম্ন সুংশি অথোইবা॥

আকাশবাণী খোঞ্জেলদা
গীতাই শ্লোক-শ্রুতি খোল্লাউ তাবদা—
কিবনা তুজুংখরে য়াহিয়া খান
ময়া ক্রক ক্রক চিক্তুনা অঙাওবগী পান্দমগুম
শাগী লাল্লাউ লাউরক্লে।
পয়াগী শারং মনুংদা হোৎনৈ থম্নবা মহাক্লা
শানিংথৌদি নোংশাবু, অরেম্বনি কাউহনা।
সিংহাসনগী খুভম্না, চেৎলক্তুবা অদুদফাও;
পুকচেল ফত্র' জিন্নাগী, থম্মোই খুহং ইল্লুবা
মহু কম্ন অযুবকী, খোঙখাং লিথুন তম্নুবা
রাজভোকপু চানীংবা, কম্নক থম্বন য়াহিয়া
হনবা লৈত্রে খান্দুহু। নীংশিংনরে কারবেলা
নীংশিংনরে ইমামগী হাসেননিদি কাউঙমদ
ইনৌ নৌরে ঙসিস্নু॥

ধর্ম্মই সভা ফম্নবা, হিংচাবনা হুমিৎ লেপ
হয়েং হয়েং য়ৈথোকপা, বনগী তেঙ্গোল ময়ামনা
পৃথি্ব লৈকোয় পুংময়োল লাউনরকলে মায়গৈ শীন
থম্মোই পুবা ওম্নব্রে, কদায় কদায় হংলক্লে
থৌদা পামই নিরকলে।
বসন্তগী কুমজিন্দ ধর্ম্মই সভা ফমখিদ্রে
পুকচেল ফত্র য়াহিয়া কোরৌ হুমিৎ কয়ানি
নোংশা নিংথৌ মমাংদা পাউখুম লৈত লৈরম্মী।
নোমই অহিং চবুক্কা লোম্ন চেনখে্র য়াইতম্বা
লোম্ন খুৎলাই থারক্লে লোম্ন শাসন তোরক্লে
শিপাই তেঙ্গোল তেঙ্গোলবু, ধর্ম্মই পাঙ্গল শীংনগে
থাজিল্লকলে বঙ্গদা মৈগী কুণ্ড তোররে।
"অচুম্বনা জয়নিদো যথা ধর্ম্ম তথা জয়"
নাস্তিক মাদি তাদবোই। পৃথি্ব পাওল শাগৈবু
মায়দা কালি তৈনবা পোক্লু্রবোই য়াহিয়া!

খণ্ডউ নওনা য়াহিয়া—
ওইরকনি য়াহিয়া— মুজবুর মহাক্তি,
থোদা মাগী পাউথোল্লোয়;
ফাহুনা থম্বা ওমলোয়নে মাগী থম্মোই কৈদৌনুং
নোংদোন থেৎনা ঝাংবনি।
অহিংসাগী খুৎলাইগা, হিংসাগীদি খুৎওগা
পাবা য়ারোই কৈদৌনুং।
থম্মোইগীদি অন্দোলন, থাক মরি ওনবা
থংন থংন লোয়নবা, লৌথৎথরে মুজবুর
মায়থীররোই কৈদৌনুং॥

ওইরোকো হে মুজিব মহম্মদকী শক্লোন নঙনা
পিবীয়ুকো কয়ামতকী মতমসিদা নঙনা
অয়ানখুভম তাইবংদা॥

তূম্লিবা নত্তেনে মীয়ামসে পরেং পরেং তুরিবা!
নত্তে উৎসব মেলাশ্বু। মীগী মপৈনা য়েংনরিবা!
শঙ্গু-শঙ্গু, মপৈ-মপৈ, চেন্নরিবসে
চেং থুয়া অমগীদমকনিনে,
ঈশিং খুজ্ঞোক অমগীদমকনিনে।
থরায়না হকচাং পোলাংদা রাকৎলক্লবদা
চিরবা কান্দা থরাইগীদমকনিনে।
অহিং কোঙ্গায় মিংশেং থাঙলুবদগী
মিংকুপ অমত্তং উইথনবগীদমকনিনে
থিরিবনি, ফংফম লৈত্রবা বঙ্গদা।
খুবাক 'মত্তং পাক্লবা
খোঙফম অমত্তং থাহ্নুনা
পিকখ্' লৈমায় অমত্তং
নেৎফম লৈত্রে বঙ্গদা
কোয়চেন চেন্নে বঙ্গবাস।
শাদোংগী মপৈনিনে চীংদ্‌মশিংসে মাংদগী
শরূগী মপুন মপুননিনে
শন্দোকখিবসে ঙমখৈগী রাংমদ
য়েংউ য়েংউ রেহমান
হায়য়ু তাগে করিগী
অল্লাহ খোদা ভুমিন লৈ?
ঈশ্বর মানা করিগী ফিভম অহু উদরি!

নস্তে, নস্তে রেহমান
নওনা ওইরো অল্লাহ, নওনা ওইরো খোদা
শফাঅত তৌবীরো ঐখোয়বু
কয়ামতকী মতমসিদা ॥

ওাইরকপদো পুনশিদা মসি নস্তেনে মুজিব
ফোওদোকনীংবা থম্মোইখোন নস্তে মসি মুজবুর
থম্মোইনুংদা ঈহৌরকপচু
মচুংশিনবা ওমদ্রে ফোওদোকপনা
নৈত্রে চুনবা বাহৈ
ফংদ্রে অচাবা খোম্হোক।
অচুবু;
ওইরোকো মুজিব খোদাগী শক্লোন নওনা
ফাচুনা থম্বা ওমলোইনে নওগী পুক্নীংচুদি কদৌঙ্গুং
নোংদোন খেৎনা বাংবনিনে নওদি
পাইরখিনিনে নোংদোন মালং ঈপোম খেৎনা।
লুংশিবা ফাওরিনে নওবু তাইবং শান্তি পাম্বশিংনা
হিন্দু-মুসলিম-শিক্ষ-ইসাই পুম্বনা।

তাউনে মন্দিরদা, গীর্জাদা, মসজিদতা
খীংলিবসে, তনিক তনিক খোঞ্জেলদা
হৌওমত্রবা শরিকী, হিল্ল-হিল্ল খোঞ্জেলদা
মঙ্গোল! মঙ্গোল! মঙ্গোল!
নিল্লিবসে, মালং ঈপোমলকসিদা॥

(য়েক্লবগী খুত্তা মুজিবনা তাখ্রবদা।)

তাং ২৯ | ১ | ৭১ ইং।

# ঐগী ৱাকৎ অমা ।

হে ভারত মহাসাগর,
হে বঙ্গ উপসাগর,
অশাউ ঈরৈ ঈহৌরক, শাফু কনবা নোংলৈদা,
অমু' নোংগী মরক্তা, ব্রজ থাগে লাকপদি
করিগীনো শাউরিবা ?

ত্রিপুরাদি আসামদা, ভারত নোংচুপ বঙ্গদা,
থাদদবা য়াত্রদি, থাদরমউ লেনগী লেন ;
চীংলৈকোন্দি মণিপুর, ইনক নক্না বিহারদা
অচু নত্রে উরিষ্যা, হুমদোরকউ নোংলেন্দু ॥

পারী কায়না মৈচাক, অরা মৈশা থাওলিঙৈ
খ্বাংদা ফিজেৎ লাক্লবী, নমদা নারা পোরিবী
ময়ুম মুংশি থাংপোক্কে, তাম্নোকপির' প্যালেমশিং
মরবদি অহিংদা, উমং উখোঙ খুদিংদা
য়েক্ল' খুত্তই কমবা, অহিং মিশেং থাওলিঙৈ
তারকখিন্নু নোংহৌহু ॥

লাইররবী পলেমস্থ, মহৌশাদি ইমাস্থ,
শীঙেল লৈরাং পাম্বৌস্থ, কুমগী মতম ওইবনা,

চীংস্থ মানস্থ পাত্তস্থ, অনৌ' য়েম্নিও হুন্দুনা
বসন্তগী জগোইশা, মালেম নিংথি শক্লোন্দ
তাইবং মিকপ থোক্তুনা, হরাও মথোই কানরে ॥

অসিগুম্বা তাঞ্জাদা
তাইবং পুক্নীং মকারাম
চেক্লাই খোঞ্জেল তাবগা, কুমগী নোংহৌ মখোন্দা
যুগকী আশা পোক্লরে ॥

অত্তুবুনে নোংহৌও :
নোংপোক বঙ্গই তম্পাক্তি,
অৱা-ফিৱাক থুমলিদো ।
থাদরুন্নু লিক্লাফাও, তারুগন্নু নোংলিকফাও
খিকলুগন্নু লৈচিনফাও।
নঙনা অত্তুম তৌরদি, নঙনা অত্তুম শাওরদি ;
ৱারগনি নাৱাশিং, মপী কায়ন যন্নাওগুম ;
থম্মোই শোক্লি পলেমশিং, থংলেন কায়ন মুজাগুম ॥

কংলশোল্ল শৱফাউ, শীম্বরেদো পিরাং ঈ,
পিরাং শীম্বরবনি, শোল্ল-কংল শরুদা ।
শাদোং য়াউদ্র শরুদো, হিক্ল কপ্লকলবনি
লৈত্রে সিদই হেম্নদি হেম্না অমুক ৱানবা ॥

অমরোমদা তৌরিদি মায়ৈগ তুফাং খাইননা
হোনখে হিদি অনীত্থ, হিরোই হিরোই কায়নখে ।
নৌরেল থাঙ্গৎ য়ান্নরে, কনাই হিদ তোংগনি

কনাই হিদ মীচঙ চঙ
থম্মোই আশা হাপকনি
তাইবং পুম্বা য়েংনরে ॥

অন্নাবদা থম্মোই থুক
অন্না মতেং পাংনীংবা— তাইবং লোনচৎ ওইবনি ;
মুংওনবদা থম্মোই থুক
অনং মায়কৈ লেপ্লুবা মীওই পুকচেল ওইবনি
চঙলে মীচঙ থম্মোইনা
নৈহৎপীর' মখোয়গী ॥

কনানদি খঙগনি ?
রাজনীতি কুবুদ্ধি চঙনরক্লোই হায়বদি !
মপা মপা মীচংখোম খৎনহনগে মতাগুম
প্রলয় য়েংল খাকনা নোক
ফত্তবগী শাগৈনা ॥

লেপত্র' ঈগী সমুদ্র, ঈথ্ম্লক্লে তাইবংসি—
অতুদগী হেল্লবা, পিগী মহা সমুদ্র
থম্মোই কোটি কোটিদই, ঈহৌরকলে ঈরোলনুং
ঈংলে কোরৌ মঙালস্থ, থ্মখে হিম চীংদোলস্থ ॥

অম্না পিরাংলক্কুদা, তাউথরক্লি আশাই হি
ঈগী-পিগী বলিদান, লেন্ন মাঙলোই নোংহৌও :
নঙস্থ য়াওনা করিগী
অরান রাখল থল্লকপা ?

হনখ্রা নপাম লমদমদা
তারকখিনু ওসিদি ॥

ভারত মহাসাগরও :
বঙ্গ উপসাগরও :
অশাউ ঈরৈ ঈহৌরক, শাফু কনবা নোংহৌদা
অমু' নোংলৈ মরক্ত ব্রজ থাগে লাকপদি
থেমজিনখোনে থম্মোইনুং,
করিগীনো শাউরিবা ?

( নোংপোক বঙ্গনা অরা-পিরাং ঈহৌরিৱৈদা
শীৎলকপা শাফ্ কল্লবা অনীওবা নোংহৌদ্রু
নীংশিংহুনা ইখিবা )।

তাং ১২ । ৪ । ৭১ ইং

---

# ঙাইহাক্কংগ ঙাইখো ।

নৈনহৌদবদগী খংনরক্কদবা করিগুম্বদা,
নঙনা ।
তানহৌদবদগী য়েংনরক্কদবা মতুংদা,
নঙনা ।
খঙহৌদবদগী য়্যারৌনরক্কদবা মমৈদা,
নঙনা ।
হংনহৌদবদগী খঙহৌররোইদবা হম্নমুক,
নঙনা ।
তাহৌদবদগী পেলহৌররোইদবা হয়েংদি—
নঙনা ।
ফোংদোকহৌদবদগী নীঙডমলকলোইদবা
নঙনা ।
পুন্নমকসিবু থোক্কনা, মুংঙাইনা ;
নিংথিনদি চংখিনবা, নঙনা—

ঙাইহাক্কুংদি ঙাইখোনে
ঙাইখোনে,
য়্যারে কৌবতদি হায়খিন্নু ।
চংখ্রসন্নু মতম ;
মতম চংখ্রসন্নু ;
চংখ্রগনি মতম
মতমদি চংখ্রনি ।

নঙতদি ঙাইখো, ঙাইহাক্তনি কুইররোই
ৱাবগী ৱাব—
ঙাইহাক্তংগ ৱারগা
তারগনি ফল
খুদোংথীবা পৃম্বগী।

হায়রকখিনু ফম্বা ৱারে,
ঙাঙলকখিনু ভাব তামন্দে,
ঙাইদ ঙাইখো
ঙাইখো ঙাইদমক। উত্তুনা অখাঙকনবা;
ঙাইহাক্তনি, ঙাইগদবা
কুইররোই।
তীংলী য়াঙলীরকখিনু—
খুজা কায়রে হায়দুনা খোঙদা,
নারে খ্বাঙস্থু অঙ্গংঅশু কাদুনা
উৎলকখিনু মায়খোংদা,
শক্তিং হৌবগা,
কোকস্থু ঙাওরে কুইবনা
হায়রকখিনু অমত্তা।

খল্লকখিনু ঙাঙনীংদেস্থু:
নঙদি নদোম চৎপনি, আত্মীয়বাদীনী হায়না।
মদুস্থু চুমদে নীংলুখিনু
"ময়ামসীদি, মদোম মদোম চৎপনি,
ঐতনি গনতন্ত্রবাদীদি, সাম্যবাদীদি
মখোয়তনা থেঙথহল্লে মতমসি,
তাদ্রে ৱারোই তাফম থোক্লবদা।

মাঙহল্লে পুনশি, মতম ;
মপোকসিমগীদি অমুক হল্লক্লয়োইদবা ।"

ঙাইখো ঙসিস্তু ঙসিগী পূক্লীং ঈংনা ।
ঙাইসি হয়েংস্থু হয়েংগী পূক্লীং তপ্ন ।
হোংবা পাম্বনা, মহৌশা কৌবীনা মশীল ওই,
পুরক্লগনি অনৌবদু অনৌবা মতমতুদা মখোয়না
লাক্লয়োই তাঙ্গা ঙাইনবগী ;
অতুগা, ঙাইরিবসে ঙসিগীদি
ওনথ্রগনি, অরিবা হয়েংদি ।

নৈনদবা য়াদে
তাঙ্গা অসি নাম্থোকখি
কনানদি খঙবীনি ;
নৈনরিবা রাফমসি ;
কনানদি উবীনি ।
"লাকপনি নঙদি ঙাইবা
ঙাইবগীদমক লাকপনি নঙদি,
করিনো খঙখো, ঙাইরিবতু ঙসাইদগী ;
ঙাইহাক্তংগ পম্থতুনা
ঙাইখোনে ঙাইরিবতু ।

নৈন-নৈন লুশিল্লক
রাখলগী ঙমখৈনা লোইশিল্লক
অরেম্বদা তাগনি খল্লিবতু, নহাকনা—,
অরানবনি, ঙাইঙমদবগী মিৎয়েংনি ।
অরোইবগী তাঙ্গাদা,
তুংনফম ওইরব, আশাগী,

অচুম্বদি ফলহু, তারবদা ফলহু
ৱানা ফংলকপনি হায়বসি নওনা চখোকখ্রবদা,
কনানদি থাজনি; নওনা ৱাখি হায়বসি।
নওতনি মুম্না খওজগদবা, পুনশি মমল-অৱামল, ৱামিম্নৱগা
ঐতনি হুংঙাইগদবা অৱামনগী, ৱামিম্নবদগী
মাতনি থুংগদবা অৱামনহু, থাওমিম্নবদগী
নওতনি, ঐতনি, মাতনি খওমিম্নগদবা, ঙাইমিম্নবদগী;
পূম্নমক, ৱামিম্নখি মশেম্না।

তাং ২৬।৪।৭২ ইং,

---

# অয়ুক্কী লীক্লানা কংদ্রিবৈঙে।

অয়ুক্কী লীক্লানা কংদ্রিবৈঙে, মুক্তা পরেংনা মুদ্রিবৈঙে।
আশাগী লৈরাং থাক্রুরসি, সাহিত্য মন্দির লিংলুরসি॥

পুবীরন্থু চিন্তা পোৎলুম, নচা পাঙ্গল চাউরকলে।
হরাও মোমোন মীনোকলো, মায়থোং পিরাং তৈথোকলো;
য়েংলরো পলেম লৈকোলসে, লৈরাংনা মোমোন নোকলিবা॥

পোক্লরে অমুক নৌহৌনা, লাকলে মৈতৈ কবিশিং,
শিঙেঙল লৈরাং শাৎলনি, খোইমুম্ব ঙংনা পাইরনি;
সাহিত্য বসন্ত য়াকায়রনি, য়েংবিষ্নু মিৎস্না থম্বালনা॥

ৱাবীরন্থু ইমাওঃ, পোইরৈ ঙমখৈ থুংনা,
য়েনখ্ৰগনি খোঞ্জেলসে, হুংশিবা লৈনমগা লোয়নন;
তাইবং সমুদ্র ঈৱাংমগী, থম্মোই কোটি শুক্সাৎলনি॥

অয়ুক্কী লীক্লানা কংদ্রিবৈঙে, মুক্তা পরেংনা মুদ্রিবৈঙে।
আশাগী লৈরাং থাক্রুরসি, সাহিত্য মন্দির লিংলুরসি॥

তাং ২০ | ২ | ৬৯ ইং।

---

# ইজনীংই !

# পরেং অমত্তং কবিতাগী !

হায়নৈ শিংদই শিংলবশিংনা
"শেম্বা নত্তে পোকপনি,
তম্বা ওমদে কনাস্থু
কবি থম্মোই ঈহুনবু ;
থৌজাল ফংল-প্রতিভাগী মহৈ য়াল্লি কবিগী ।"
চক্রিগী-মরৈগী, অৱাই-অথুম য়েংনবগী ;
থাগৎপগী লৈশি লৈথোনবগী,
নিয়মনীতি আইন কান্নুনগী—
নোংমই ঈ-পাও— হুরানচিন্থি মীহাৎ-মীপুনগী,
হুংশি চিরোল, খঙহন্নীংদ্রবা থম্মোইহুংগী মৈচাক্কী ;
শানৌগী মায়থোং লাংশিনবা ! — 'সিগুন্নবা
অরোই অথম নাইদ্রবা পাউজেলচেশিং—
মেচিনগী যুগতা চেগী সপ্লাই ওমদ্রবা !
মিৎকুপ অমগী চেফোঙনা
পুনশি অমা পাবদা, লোই-ওমলোইদনা
ফোঙলি 'মুমনা ; কোটি— কোটি— ॥

অদুবু হায়নৈ— "পোকপনি, নত্তে শেম্বা,"
"শেম্বা নত্তে, পোকপনি কবিদি ॥"
কনা কবি পোকখ্রবা ?
কনাই শাগে কনাই লৈকাইদা ?

থিবা ফংলোই পুলিশনা।
সেক্সপিয়ার, হোমার, মিল্টন
অশুম হায়না শীংথাক্লরগা
ব্রাব্রৌরক্কনি সাহেবশিংনা
"করিনো? লৈরিনা মখোয়দগী হেনবা।"
রবিন্দ্রনাথ, কালিদাস, তুলসীদাস—
হায়দোক ঙমদে চিনসিনা—।
"ব্রাংলি মখোই মথক্তা"
মতকী মত ইনরক্কনি।
বিশ্বকবি, কবিগুরু, কয়া কয়া
নবরত্ন মরোল মরোল— অকাউবগী ঈরোলনুংদা
লুপ্তুনা লৈখ্রে— ময়ামমা
মখোই ব্রারী পারগা
উরগা, তারগা,
কবিতাগী পরেং অমত্তং, মখোয়গী;
বাহঃ! বাহঃ!
লৈতে ব্রাহৈ, মখা তানা—
পুত্থনা চৎলি ঐখোয়বু
লাপ্লবা লমদমত্থদা, নুমিৎকী মঙাল য়োঙমত্রবা;
চিংত্থনা পুখি ঐখোয়বু
নুংশিৎকী শত্থম ফংত্রবা
তাম্লবা তমদা চিক্লবা॥
শামহল্লি ঐখোয়বু
ব্রাখল ঈপাক ব্রাংমদা,
মঙলান অতিংঙাদা নুংঙাইনা॥
থাজরকই মতমত্থদা— "পোকপনি, শেম্বা নত্তে,"

"লাইপোকনি, পুনশি অদো কবিগী,"
"তশেংনমক লাইপোকনি॥"

যাদু মন্ত্রনা শুম্লাংলবগুম,
কবিতাই প্রেমনা ঙাওরবা,
কাব্যই রসনা থৃম্লাংলবা,
ঙাওনা জগোই শারবা,
চুম্লতা ঙকচবা, পোকপা কবিদি নত্তবা—
জ্ঞান দেবীবু পূজা তৌজরিবা—
মখোয় 'তুগী মরক্তা
য়াওবা ঙম্বা কাঙবুদো
"অশেম্বা কবি" কৌনীংই॥
মরক্তুদা য়াওহুনা
হায়দোকনীংই অমুক্তং
ইচম-চম্বা বাহৈনা— নীংবা কায়বা তৌদনা—
"ইজনীংই,
পরেং অমত্তং কবিতাগী॥"

তাং ২৫ | ১ | ৭০ ইং।

---

—তাইবং থম্মোই পূম্ব ঈংলসমু—

লোইরবা।